ꯑꯩꯒꯤ ꯅꯨꯡꯁꯤ ꯁꯩꯔꯣꯜ

# ঐগী নুংশি শৈরোল

উলেল্ মীতৈ




শৈরেংবশিংগী অপুনবা লূপ(শাল), মণিপুর।

**EIGEE NUNGSHI SHEIROL**
a collection of Manipuri (Meeteilol) lyrical poem by
**KHURAIJAM ULEL MEETEI**
Sagolband Tera Keithel
Sapam Leirak, Imphal, Manipur (INDIA)


| | | |
|---|---|---|
| অইবগী মপুঙফাবা মিং | : | খুরাইজম্ উলেল্ মীতৈ |
| ইবদা শীজিন্নবা মিং | : | উলেল্ মীতৈ |
| অফোংবা | : | বাংনিংবীনা শৈবেংবশিংগী অপূনবা লূপ (শাল), মণিপুরগীদমক্তা ফোঙজবা। |
| ফোঙবা চহী | : | ২০১১ |
| মমল | : | লুপা ১২৫/- |
| বনান য়েংশিনবীবা | : | ১) ডাঃ ইকংবম দেবেন<br>২) সনায়াইমা (লোকেশ্বর) |
| মখুমগী ময়েক | : | ও সি মৈবা |
| ইনীংহনবা | : | দোনেশ্বর কোন্সম |
| মশীং | : | ৭০০ |
| ফংফম থোকপা | : | অইবা |
| লাইবিক নম্ফম | : | জিঃ কেঃ প্রিন্টর্স,<br>উবিপোক লৈকং থোং মনাক,<br>ইম্ফাল, মণিপুর। |



ৱাখল পীবিবদগী নঙনা

ইজবনি ঈশৈ শৈবেং ময়েকসি ঐনা

অদুনা

নহাক্কীনি

**ঐগী নুংশি শৈরোল ঈশৈ শৈবেং লাইবিকসি।**

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

হৌখিবা চহী, খৃষ্ট কুম ২০১০ ইংগী ময়ায় চল্লকপা মতমদা ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফালনা এপ্রুভ তৌরবা শৈরেংবশিং খবা পুনশিঞ্জদুনা শৈরেংবশিংগী অপুনবা লূপ (শাল), মণিপুর কৌবা লূপ অমা শেম্লবা মতুংদা অপুনবগী ওইনা ঈশৈ শৈরেং (৯৬) মবীফুতবা তকক য়াওবা লাইবিক অমা অহানবা ওইনা চংলিবা চহী অসিগী এপ্রিল থাদা পুন্না ফোংডমিন্নখ্রবা মতুংদা হন্দক অমুক ইকুই কুইদনা ফোংললিবা ইয়াম্বা উলেল মীতৈগী ঐগী নুংশি শৈরোল হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসিনা শালগী ওইনা অনীশুবা ফোংডজবা লাইবিক্নি। ঐনা থোইদোক্না পল্লদ্রবসু ইয়াম্বা অইবা অসি সাহিত্যগী লমদা মফম চাউনা কন্দুনা লৈববা অইবা অমনি।

ঐনবু কবি খঙদুনা ইয়াম্বা উলেল মীতৈগী মবমদা কবিবু ইজকবা ঙমজগনি। অদুবু থশ্মোয়দা লৈবা ৱাফম খবদি ফোংদোক্তবা য়াদবদগী ফোংদোকচবনি। ইয়াম্বা উলেল খঙনজবা পঙকুই কুইজদ্রি হৌখিবা চহী অমা অনীগী মতম অদুৱাইদা ইয়াম্বা দোনেশ্বর কোনম্না নংশিবীদুনা ঐবু লাইবিক ফোংডবগী থৌবম খবদা হেক হেক বার্তল পীবিবক্তুনা য়াওজকখদগী অসুম তোযনা থেংনকখদগী শকখঙ- মাযখঙনজবকপনি। ইয়াম্বা উলেল মীতৈগী মিং তাবদি যাম্না কুইবে নশক নাইববা অইবা অমনি হায়বসে থশ্মোয়দা ফাওজবসু কুইবে, সাহিত্যগী মবমদদি মদুমকসু অচুম্বা হায়বদো ওইবন্নে, খঙনববা মতুংডসিদদি মযেক হেয়া শেংলন্নে। ঐনা তাজবা-খঙজবদা যানা যান্নে ইয়াম্বা অসিগী ফোংডখিবা শৈরেং লাইবিক অমদি ঈশৈ লাইবিক কয়া, ঐসু মমাঙদা ইয়াম্বা অসিগী লাইবিক ফোংডবগী থৌবম খব য়াওজল্লে। লাইবিক অয়াম্বা পাবদা নুংঙাইবা অমদি ফজববা ৱাহৈ-ৱাতানা লৈতেংবা লাইবিকশিংনা অযাম্বনি অমসুং অপাবশিংদা মহাও পীবা ঙম্বা লাইবিক মখল ঙাক্তনি। ইয়াম্বা অসি ইচম চম্বী, চম্না লেনবগী মমি মতম খবা লোয়নজবসিদা অদুম উবা ফংজে। ঐনা হায়কদুনা কায়দে ইয়াম্বসিবু খঙবিবা অমদি লোয়নবিবা য়াওবিববদি থোইনা হেন্নদুম খঙবিবন্নগনি। অসিগুম্লবা ইয়াম্বা অসিনা হন্দক শালগীদমক্তা লাইবিক অমা ফোংডবিবগীদমক্তা ইয়াম্ববু হন্না হন্না থাগৎচবগা লোয়ননা মতুং তাবকপা কযাদসু লাইবিক মথঙ মথঙ শালগীদমক্তা ফোংডবিরকখিগনি অমদি মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল কয়া তৌবিবকখিগনি হায়বা থাজবসি থমজবগা লোয়ননা শালগী মায়কৈদগী লাইবিক অসি মীয়ামদা খুৎশিন্নজবি অমদি ইয়াম্ববু ঈশ্ববনা মতম পুম্নমক্তা থৌজালবিবা ওইসনু হায়না থৌনিজবি।

কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ
সেক্রেটরি
শৈরেংবশিংগী অপুনবা লূপ (শাল), মণিপুর।

# ৱাহৌদোক

'ঐগী নুংশি শৈবোল', হৌজিক ঈশৈ-শৈবেং ১০০(চাম্মা) য়াওবা লাইরিক ওইনা উবা ফংলে। লাইরিক ওইববনিনা সাহিত্য ওইবে। ঈশৈগী সুব য়াওনা লৈশ্রবা নত্তবনিনা পাদুনা য়েংবা তাই,পাবে। পাবদি লনাইগী থবক ওইবনা ফজববসু ফজদ্রবসু ইদোম মুকম মুকম শোঙ্গবগা তোকপা য়াই। অদুবু, ঈশৈ-শৈবেংশিং অসিনা ঈশৈ ওল্লকপা মতমদদি ভাবোক হায়বা অমা লৈবনিনা, ভাবোকশিংনা কবি হায়খিগদগে হায়বা ৱাফম অমদি অইবশিংনা খনফম থোকই। মখোয়দগী ফংগদৌবিবা (Response) অদুনা ফজরক্কবা মতমদা অইবগী মায়থীবা হায়বদু ওইবকই। ঐখোয় পুম্নমক সমাজ অমগী চৎনবোল কয়াগী মখা পোন্ন হিংমিন্নবনি। চৎনবোল ৱাংমা লাল্লক্লবা মতমদা মীনা মীবু নোক্লবকই। অইবশিংনা ইনিংবা ইবদা কনানসু খিংদে। অপাবা নৎত্রগা অতাবশিংনা তবাম্না ওকপিগদ্রা নৎত্রগা ওকপিবোইদ্রা হাংবদুগী ৱানি।

শৈবেংবনা খবা Limited ওইবা Canvas অমদা লনাইগী অমসুং নুপীজাশিংগী ওইবা Image কয়া য়েক্লুনা উৎনবা হোৎনবি। ঈশৈ- শৈবেং য়াম্না চম্মী। পুন্সিগী থৌদোক মচা মচা খবা ৱাবী ওইনা নীবনি। Irony না শক্ক হেনবা খল্লুবগা তৌথোবকপগা ওন্ন-তৈনবা থৌদোকশিং, পাখঙ-লৈশাবীশিংগী মবক্তা তোয়না থোকপা পুক্নীংগী মখল মখাগী mood, feeling, thought, hope, frustration কয়া ফোংডদোকপনি। মসিদি মহৌশানি। আশা কযা তৌই, অয়াম্বনা তাযোন্নে। উনবা,উননিংবা- লৈকোলদা, অহিংদা, থাবলদা, অসিনচিংবা কয়ানি। উনবগী আশা তৌই, উনববগুম থম্মোয়দা ফাওই। মঙলান ওইদুনা তোকই। নীংজবগা তৌথোবকপগা ইচান চান্নদে। 'সি গুক্তনি পুন্সিগী নুংশি খোঙচৎ। পুক্নীং ঈহূল কনমনবদগী ফাগি তাবকপা ফনা য়াম্না যা ওই। অদুবু, শৈবেংবনা অদুক লুশিন্না খল্লুদে, ফাগি তাথোকই , নিঙাই তৌদুনা য়েংবা নত্তনা উপায় লৈতে। নীংবা কায়বগী শেংনা-খাইনবগী অৱাবা শৈবেংবদা ফাওদে। উপায় লৈত-লৈত্রগা ঈশৈ ঙংদুনা খাওই। 'ঈশৈ' শৈবেংবগী চৈশুনি। অৱা- নুংঙাই অনীগী তাংজফমনি।

অমবোমদা, মবক মবক্তা,আশা অমসুং নীংবা কায়বা অনীগী মবক্তা কণ্ডাওনৈ শৈবেংবা। তুংগী খল্লুবদা থম্মোয় শোকই, পুক্নীং পোত্থাফম খঙদবা, অহিংনা লাকপদা, মবিং- মবাংবা ৱাখল কয়া লোযনবকপা,অহিংগী ফজবা,ওইথোকপা ৱাগদবা ফিভম কয়া ভাবনা শাগৎপা(morbid sensibility), করিগুম্বদা, ঈথক- ঈবাংগী,কল্লক- মীহৌবগী মখা পোল্লকপা,কবিগুম্বদা,অকনবা পুক্নীং ঈহূলনা থুমহৎখিবা,হকচাং- হকচাং নকশিন্ননিংলকপগী ৱাখল, ঙাইঙমলক্তবা,ফম্মিন্নবা য়েংজবা-ঙাওজবা, মঙলান্দা তাউজবা,অসিনচিংবা পুক্নীং ঈহূল কয়া মবাঙ কায়না য়াওবি।

শৈবেংবসি মহৌশা লাইবেন্থীগী মমায়- লীশিং ফাংবা শক্তমদা পুমলূপ লূপগ্রবসু নত্তে। মহৌশাগী শান্নবুঙ মচেৎ অমদা ফমদুনা, ঙাইদুনা, ম্রপাম- নুংশিগী কেকু লোৎপী শান্নবনি, ঈশৈ শক্লুনা,ঙংদুনা লেপ্পবা পুন্সিগী শক্তম কয়াদুনি উবিবসি। কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমগী মীৎয়েং অমদা ৱাখল কয়া কয়াগী,ৱাহং কয়া কয়াগী হৌবকফম ওইবকপনি। অসিগুম্বা

ময়াম অসিনি অপাবশিংনা থেংনগদৌবিবা।

খৃৎই চম্মী। বাবেংগী মওংদা ইবা শৈবেং (prosaic poetry)ঙাক্তনি। লোন্দা পুদাসু অদু মঙায়। বাবী বাতাইদা, নিঙাই তৌবদা, ওইনবদা শীজিন্নবা অদুগুম্বনা অনম্বনিঃ ঙাবোই শাবান, ফল্লপ ফল্লপ তরাউ তবাউ, হাইজিল্লকপা বাখল, শমজীবৈ, গুলাব, নাচোম, ভূবৎ ভূবৎ খাঙতপ্তা, খব খজিক, মীমাঙ-পোমাঙ নাইদবমখৈ, অসিনচিংবা। শৈবেংবগী vision লৈকোলদগী ইহেন হেন্দে। পুম্নমক্তগী ইতোপ তোপলিবসি "অমুবা শল্লাং মচু ঙৌদ্রে"(৫৫) হায়বা ঈশৈ শৈবেং মখল অসিনি। ময়ামশিং অসিগী মবক্তগী ঈশৈ- শৈবেং ৩, ৫, ১৩, ৫৪, অদুগা ৫৮ অসি ঈশৈ ওইনা পুখোকপদা নুংঙাইগনি। ঈশৈ ওইনা থবায় হাপ্পকপগী থবক অদুদি ঈশৈ- শৈবেং (ময়েক)শিং অসি পামজবা কলাকাবশিংগী ওইবসনু।

ঈশৈ-শৈবেংগী লাইবিক কয়া পুথোক্লম্রে। শীবিবা মহাওদি শৈবেংবা অমমমগী তোঙানবনি। উলেলগী লাইবিক "ঐগী নুংশি শৈবোল"দগীসু তোঙানবা মহাও অমা পোয়দনা ফংগনি।

প্রোঃ ক্ষুবাইলাৎপম ইবোয়াইবা শর্ম্মা

# অইবগী ওইবদা

মখল মখলগী ঈশৈ ময়েক ইনববসু ঐনদি নুংশি-নুংওনগী ঙাক্তনি হায়দুনা পুথোকচবিবা ঈশৈ ময়েক্কী শৈরেং লাইরিকসি শ্বাইনা পাবিবগা কবি খনবীগদবনো হায়বদুমদি ঐগী ৱাখলগী ৱাংমদা লৈরে।

# মাওফম তাকপা


ঐনা লৈকোলদা ফমদুনা /১

থাবল য়েংনা য়েংনা ঈশৈ শকই ঐনা /২

কবি খুম্মু হায়বিবনো ঐহাকপু /৩

নঙনা অসুম ফজবকপসিদা /৪

ঐনা লৈদা য়েংবদা /৫

ঐগী পুক্নীংদা কবিনো অমা খল্লে /৬

কনানা হায়বিবা ঈবান্নি লাপ্লবে /৭

ৱা অমা হংগে খুম্মুদো /৮

নঙোন্দা ফজবা অমা য়াওবে /৯

ৱাকচীংগী উনলেল কিদুনা /১০

ঙসিগী থাবল অহিংসে /১১

ঙসিগী অহিংসে লোইহন্নীংদেদা /১২

ৱাহংগী পাউখুম ফংদ্রবসু য়াবে /১৩

মাগা ঐগা অনীগী মবক্তা /১৪

ঈশৈ শক্তবা কুইবে ঐদি মরুপ /১৫

নঙবু ঐনা য়েংনীংলিবা /১৬

ৱাইহু হযদুনা ঙাইহল্লগা /১৭

লাল্লিববা মাবু তুংহন্না য়েংঙে /১৮

ঐগীনি হায়বদা লেপ্লবোইদবা খল্লম্বী /১৯

ঐনা শিবদা পুজপ্লগে /২০

নুংশিববুদি নুংশি মাবু /২১

ঐগী অনীংবসে মানা খঙবিদবে /২২

লোম্বোক্তবী ওইনা লৌবিনি ঐসে /২৩

নঙদি অসুম নহা ওল্লক্লে /২৪

থাবলগী ফজবা খঙদবী মঙোন্দা /২৫

নঙনদি ঐবু উদ্রবনি খন্দুনা /২৬

মখোয়না ঐঙোন্দা য়েংলক্লে /২৭

ৱাহৈ অমতং হায়বিবকপা ঙাইবনি /২৮

লৈ হেকপগী ঐনা /২৯
নঙসে মাবু ঙাইবা মাল্লিকো /৩০
ঈশৈ শকউ হায়বনু ঐবু /৩১
লাক্কনি হায়বা খঙই ঐদি /৩২
কাউকরবা অমা নীংশিংলক্লে /৩৩
নোংমা ঐনা চৎলি শগোল তোংদুনা ইদোম /৩৪
ফোঙদোক্তবসি য়াম্না ৱায় /৩৫
ফজবা লৈ অমা য়েংলিঙৈদা /৩৬
ঐগী থম্মোয়সে খঙবিদ্রে খল্লুই /৩৭
ঐনা চৎকদবা লম্বীদা /৩৮
মৌ নহাগী শমজীদা /৩৯
লৈ শাৎপা য়েংনা য়েংনা /৪০
গুলাব অমা থেৎপিবম্মী /৪১
নোংমা নঙসে লাক্কনি থাজদুনা /৪২
নঙগী থম্মোয়না লৈ ওল্লকপা /৪৩
থাবলদা ঙাওজবী ঐসে /৪৪
ঙবাংগী ৱারীদু মখা তাখো /৪৫
নঙনি খন্দুনা তফিং তফিং চেন্দুনা /৪৬
নঙগী ঐগী নুংশি ৱাবী /৪৭
ঐবু নুংশিদে হায়বদি হায়রগা /৪৮
কবি হায়বক্কদগে খন্দুনা ঐনা /৪৯
মতাঙ চাবদা হায়গে হায়বদো /৫০
নঙসে মহৌশাগা মান্নদনা উরে /৫১
থাবলসে মখোয়দসু ফবমগনি /৫২
নঙবু উদ্রবা লৈবা ঙমজদবী ঐসে /৫৩
ঐবু ঈশৈ শকহল্লগনু /৫৪
অমুবা শল্লাং মচু ঙৌদ্রে /৫৫
অদুঙৈগী ফজবদো ঐবু শুক্নাৎখিবদো /৫৬
শমজীরৈ অমা থেৎ নাচোম অমা চিন /৫৭
করি ঈশৈ শক্কনি ঐনা /৫৮

হায়নখিবা মফমদুদা ঐদি য়ৌকরে /৫৯
পাখঙনা লৈশাবী য়েংবা য়াদববা /৬০
ফজবসে ঐদি য়েংবগী পেন্দে /৬১
মতম চাবসে নাম্বোকহন্নীংদেনে /৬২
হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবে ঐদি /৬৩
নঙনদি উদ্রবনি খল্লীবা /৬৪
পাখঙ ফাববা নহাকপু /৬৫
ননাক্তা ঐদি অসুম ফমখিনি /৬৬
য়েংজনীংবা মায়খোঙদো য়েংজববোই/৬৭
মতম অমদদি ওইহৌবগনি /৬৮
নুংশিকবে হায়বা নত্তনা /৬৯
ঈবোক্তি ফজবে পালিব চঙলুবে /৭০
কবিনো নঙনা খল্লীবদুবু /৭১
নোংমতসু মাদি /৭২
চৎত্রববা মহাক্তুবু /৭৩
হাইফেৎ য়েংলগা নোকফেৎ তৌবিবী /৭৪
ঐদি পোমদুনা লৈনীংদবে /৭৫
ঙাইখো খোয়নৌখোয় লেপখিসি /৭৬
খুদোল অমতং তমহৌনবা /৭৭
থাজনা য়েংলি কনা কনা লৈবি /৭৮
ঐবু নুংশিদে হায়বগা /৭৯
কনানো নঙনা য়েক্লিবসিবু /৮০
মানা হান্না হৌফম খোকই /৮১
অতোপ্পা কনাদা হায়বোইনে /৮২
নুমিৎসে তাশিল্লক্লে /৮৩
থাদি থোক্তনা নখোয় কনা ঙাইবি ৮৪
মতমদু বাংলি কেদ্রবসু য়াবি /৮৫
মেবা থাদি লাকই ইঙনা চীক্লা মেঙই /৮৬
পুন্সিসে কবিসু লৈতনা খল্লী /৮৭
নুপী ওইনা পোক্লুবনা ঐনা /৮৮

হ্বাও হ্বাও কৌনবগা /৮৯
ঐনা য়েংজবসি খঙবিদবা /৯০
ঐগী নুংশিবদি নঙতনা ওইবে /৯১
ঐগী মঙদা উখিবীদুনি /৯২
নুপানি মানা হৌবক্কদবা হায়বগা /৯৩
য়েংলিবা মীৎয়েংসিবু উদ্রববা নহাকপু /৯৪
নোংমতংদি নঙগা ফম্মিন্ননীংই /৯৫
ঐবু হনবা তাবববা হৌজিকপু /৯৬
উননীংদবা মী অমা লাক্লে /৯৭
নঙগী মীৎয়েংদো ঐদি খঙই /৯৮
নঙসে হন্দক য়াম্লা কেবে /৯৯
নীংবা কায়বে হায়দুনা /১০০

# ঐনা লৈকোলদা ফমদুনা

ঐনা লৈকোলদা ফমদুনা
পোমশাংনবী লৈরাংদা হংই
কয়া কুইনা ঐবু ঙাইখোগে
কৃপায়না শাংপদো নহাল্লা।

মওল মওল খল্লকই
ঐগী পুক্রীং লাঙলকই
লৈরাং শাংপা ঙাইবমখৈ ঙাইবগা
খোইমু পাইরকপনা হাল্লবা
ঐগী বাখল কদায়দনো।

পোখাফম খঙদনা মিপাইরকই
নীংবা কায়গদরা কিরকই
লৈরাংবা কনা লৈহেকপা লাক্লবা
নাচোম লৈচল শেমত্রবা
করি ওইহৌগনি লৈখোঙশঙবা।

## থাবল য়েংনা য়েংনা ঈশৈ শকই ঐনা

থাবল য়েংনা য়েংনা ঈশৈ শকই ঐনা
মাবু তাহন্নীংনা মাবু কৌবা ওইনা
ঐদি তূমদ্রি হৌজিকফাওবা।

চান্নবী মাগী মনাক্তা চঙদুনা
নাপ্পদা তুম্মীন্না হায়নীংই ঐনা
কবিগী ওন্না তূম্বনো নঙবু
থাবলগী ফজবা য়েংলুখিসি
ভাববা নঙবু হৌগৎলসি।

মাগা ঐগা অন্নায়-অখুমদা
খূৎলং ঈশৈ শক্লীংই ঐদি
ঐনা কোম্লোঙদা মানা শুম্নাঙদা
অহিংসে খোম্থাংনা নিলহন্নীংই
পুক্লীংসে নৌবেদা ঙসিদি।

# করি খুম্মু হায়রিবনো ঐহাকপু

করি খুম্মু হায়বিবনো ঐহাকপু
নুংশিববা নুংশিববা হংলিবদুবু
ঙাওবববা নহাকপু।

উরগা নঙবু মোমোন নোকচবা
তুম্মীন তুম্মীন হূবান্না য়েংজবা
কবি লৈবি ব্রাহংসিদা
শন্দোক্লা তাকপা ঙম্নবা।

ঈনাক্তা নঙনা নকশিল্লকপদা
নুংশিবগী ব্রাহে তাবগনি খনবদা
নিংঙোল পুক্লীংনা তনীক তনীক্লা
কবিগী ঈকায়বা ফাওবিবা।

# নঙনা অসুম ফজরকপসিদা

নঙনা অসুম ফজবকপসিদা
ঐদি নুংশা থীবক্লে
নঙসে কেহনবা পাম্নক্তবে
মিশৌ চঙগদরা কিবক্লে।

ঙাইখো নাচোম লৌথোক্লগে
শমজীবৈসু থেংহন্নীংদরে
থোইথোইবা মীৎচি কোম্ব্রহল্লো
কোয়বাওনবী মীৎম্না লুকব্লবো।

শঙদ্রবসু ঙাঙলবা চীনবাল
ফজদুনা লৈরবা মায়খোঙ থম্বাল
নীংথরবী ঙারোই শাবাল
নঙবু য়েংলি হূবান হূবান।

# ঐনা লৈদা য়েংবদা

ঐনা লৈদা য়েংবদা
মীৎচানবা ওইনা খোকখিদো
বাখল অমা খল্লে নঙনা
ঈচম চমজবীনি ঐদি।

খোইনৌ লৈরাং গুলাবতা
নাঙ্গরদুনা মখজাইদা
নুংশি নুংশি হায়জবা ঐনা
পাখঙদা নুজানা নাকোইননা
নুংশি পাউখোঙ চঙ্গবা নংচদে।

হৈপাল লৈপাল উপাল বাপাল
অতিয়াদা পাইবা চেক্লা য়াওনা
লৈনা লৈনা য়েংজবা ঐনা
পায়মা পুক্নীং খোয়দাজনা
নঙগী বাহে ঙাইজবা বনংচদে।

# ঐগী পুক্লীংদা করিনো অমা খল্লে

ঐগী পুক্লীংদা কবিনো অমা খল্লে
নগুগা ঐগা ফম্মিন্নবসিদা।

নুংশিবনা অসুম হেঙ্ঙিল্লকপদা
মায়খোঙদো য়েংবদা পেন্দরে
নোকম্নি নোকম্নি অদুম লৈয়ু
হায়ফম খগুদনা ঐদি গুাওরে
ঐগী তাইবঙ মঙলান্দা তাউবে।

নাপ্লদা নাচোম চিল্লসি
ইন্নফিনা কোক্কু খুন্নসি
পায়রিবা তখেল্লে মহুৎপু শিন্না
পন্নগা ফম্মু অঙাঙ অমা
মদুগুম্বা শকফমদু মীত্তা উবে।

# কনানা হায়রিবা ঈবান্নি লাপ্লরে

কনানা হায়রিবা ঈবান্নি লাপ্লরে
চুমদে চুমদে ঐদি য়ানিংদে।

নঙনা হায়খি উদুনা লৈবে মগুদা
ঐসু তমখি কাউবা ঙমদে নঙবু
পন্থুংফম মান্নদনা চৎনববসু
খাংমা খাংমদা লেপ্লববসু
থম্মোয়গী নুংশিবদি লেঙবা লৈতে
নঙবু ঐনা নুংশি নুংশি।

ঈশৈ শকই শৈবোন্দা শৈথাই
হৌত্রবা মতমগী নীংশিংবা কয়া
উনবদা কৌনবি কবম্না পাল্লি হংনবি
নীংঙমদবগী মীৎয়েংনা ঐখোয় য়েংনবি
নুংশিবনিনে নুংশিবা মসিসু নুংশিবা
নঙগী ঐগী ওইবা নুংশিবা।

# বা অমা হংগে খুম্মুদো

বা অমা হংগে খুম্মুদো
নুংশিবা হায়বসি করম তৌবনো
করিগুম্বদা ঙাওবা য়াওবরা।

চীং-পাৎ তুরেল হৈকোল নৈকোল
লৈচিল নোংফাই থাবল অহিং
ঈথম্ভ য়েংনীংদে ফজবা বাংকনি
নঙগা ঐগা লোয়ননীংই।

লৈশাবী ফারবা হায়বদুরা
মিংশেল মনাক্তা তত্তনা চঙই
মঙদসু তাইবঙদসু কেদুনা লৈরে
বাখলসে লৈগুম শাত্তুনা লৈরে।

মীংকৃপ অমতং উদবদা নঙগা
য়ান্না কুইরবগুম খল্লীবনি ঐনা
নঙনা খরায়নি ঐনা হকচাংনি
বাইহেসে হেজিন্না তম্বদি নত্তে।

# নঙোন্দা ফজবা অমা য়াওরে

নঙোন্দা ফজবা অমা য়াওবে
ফজবদা ঐসে শুম্বৎলে
শুম্বৎপদা থম্মোয়সে ঙাওরেনে
নঙসে ঐগী ওইনীংলক্নে।

ঋাহৈ অমা কাঙথোক্তনা ঐনা
মীৎয়েংসে থমজগে নঙগী মায়থোঙদা
কবিগুম্বা নঙনা নোকমি নোকমি তৌববা
মীৎচিনা ফল্লপ ফল্লপ্পা য়েংলবা
মঙলানদা পাইবগুম নুংঙাইগনি ঐদি
মাযোক্না নঙগা ফম্মিন্ননীংই।

অয়ুক নুংথিল নুমিদাং নাইদে
য়েংলু খুদীং নঙঙাক্তা ঙায়বে
ঐগী অনীংবসে নঙনা খঙলে হায়ববা
থম্মোয়না থম্মোয়দা পাউখোঙ চল্লবা
ঈশৈবু শক্নুনা শৈথানীংলে ঐদি
নঙোন্দা তালবু থাহন্নীংই।

# ঋাকচিংগী উনলেল কিদুনা

ঋাকচিংগী উনলেল কিদুনা
লৈবাং গুলাব শাত্তবা তাববা
লৈচিন্না খঞ্জিল্লে খন্দুনা
পুর্ণিমা থা থোক্তে হায়সিবা।

চীংজাওগুম লেপ্পীয়ু ঈমাঙদা নঙনা
ঐবু নুংশিবগী তাহল্লু ঋাহৈ
ঈকায় খঙদবীসু তাজসনু
নঙসে ঐগীনি ঐসে নঙগীনি
ঈশৈ ওইনা শকচগে।

নঙগী ঐগী ঋাবীনা নিল্লে
মীপুম খুদীং খঙদবা য়াওদ্রে
মিংচৎ থীববীনি ঐহাক্তি
পাউথোকপীববীনি ফজফম লৈত্রবীনি
অদুবু নহাক লৈবদুনা হিংলিবনি।

# ঙসিগী থাবল অহিংসে

ঙসিগী থাবল অহিংসে
ঐদি তুম্নীংবা ফাওদবে
লৈকোলসিদা লাকহন্নীংই
ঈনক্তা মাবু ফমহন্নীংই।

ৰাবী শান্নবন্নী ইমান্নবী
থেঙলে হায়না হনখবে
মাবু লাক্লম্ববা কবিনো
শিঙ্গাবৈ লৈবাং নোম্মিনে
ইথন্ত ঙায়বা ঙাইবম্ববা
হায়নীংবা খব লৈববা।

নোংঙানগদৌবে য়েনসু খোংলে
হকচাংদা অইঙবা ফাওবক্তে
পলেম পন্থৌ মীংকপ থোক্ত্রিঙৈ
ঐবু ইমুঙদা চঙলসিবা
অবোইবা ওইনা য়েংলগে
ঈশৈ ঙংলগা কৌবগে।

## ঙসিগী অহিংসে লোইহন্নীংদেদা

ঙসিগী অহিংসে লোইহন্নীংদেদা
নোংঙানখিদৌবা পাম্মুইদা।

নঙগা ঐগা লৈমিন্নবিঙে
নুংশি মঙলান্দা তাউমিন্নবিঙে
রাবী কয়া শাননীংই
নুংশিবদো মসিনি হায়জনীংই।

পীক্তক্লা শাবশি যুম অমা
ঐখোয় অনীগী লৈননবা
থাজ থরানগী মঙাল লৌবসি
লৈচিন্দা ইংখোল কোইবসি।

থম্মোয় থম্মোয়গী থাজবদি
নুংশিববা ঈচাদা থমসিকো
তীং তীং চাউবো চোংবিদুনা
মপোক অমা শমথসিকো।

# ব্রাহংগী পাউখুম ফংদ্রবসু য়ারে

ব্রাহংগী পাউখুম ফংদ্রবসু য়াবে
ঐগী নুংশিবসে নক্লা লৈবে।

থাজনা লোৎপগুম লৈচিল্লক্তা
ফিজীনা মায়থোঙদো খুমজিল্লু
তবাউ তবাউনা পাঙজবী মীৎশ্লানা
শন্নাংলঙ্গী য়েংলকউ ঐবু
ঐনা কয়াদা নুংঙাইগবা।

নুজাগী নাপ্পদা তত্তনা হায়জবা
তাদবা শাদুনা লৈবাংদা য়েংউ
তঙাং তঙাংবা চীনবালনা তনীক্লা
কবিনো অমা হায়নীংবা মালহল্লু
ঐনা কয়াদা নুংঙাইগবা।

# মাগা ঐগা অনীগী মরক্তা

মাগা ঐগা অনীগী মবক্তা
লেপ্লবে ঙসিদি নুংশিবা নঙনা।

চুম্মা ঐদি শকখঙনবনি
চম্মা ঐদি কৌনজবনি
কদায়দগী হাইজিল্লকপা ৱাখলনো
নঙনা থম্মোয়সে নকুহল্লে
লোন্না লোন্না হূবান্না য়েংলে
অমনা অমবু য়েংনহল্লে।

পাখঙ লৈশাবী মথোং কাবকপা
ঈঙাওতা ঙাওনা লৈনজবম্বা
লিবি খোইবি ইঙনা তপ্পা
কেজবে নুংঙাইবে মঙলান্দা তাউবে
ৱাহে ওইনা চীনবালদদি খোক্তে।
মাবু নীংশিংনা ঈশৈ ঙংলে।

# ঈশৈ শক্তবা কুইরে ঐদি মরূপ

ঈশৈ শক্তবা কুইবে ঐদি মৰূপ
কৈদৌরুগনি খন্দুনা নৈজববনি অসুম
য়েন্নীংথা লাকপদা কবিগীনো খণ্ডদনা
হৈনীংদনা কল্পী ঐদি মৰূপ।

নকুবিঙে নুংশিনা লোয়নবিঙে
ঐগী পুক্নীংসে নৌদুনতা লৈখি
ঈশৈ ময়েক য়াওদনা ঈশৈ ঙংবদা
পেঞ্জখি নুংঙাইখি হবাওজখি।

হন্দক মবক মণ্ডলান্দা উইনে
ঐবু কবম্না পাল্লি হংইনে
নৈজবা থম্মোয়গী ব্রাবী লীবখি
পাউখুম অমগী ঐগীদা থুংলখি।

ঈনাক্তা ফমদুনা নিংঙাই তৌবখি
মোমোন মীনোক য়েংনীংই হায়বখি
মীৎকূপ অমা নুংঙাইনা তূমজবা ফংখিদে
নোংঙানবা ঙাইদুনা অহিংদো লেনখিদো।

# নঙবু ঐনা য়েংনীংলিবা

নঙবু ঐনা য়েংনীংলিবা
পনখৈ অমদা থম্মীংলিবা
হায়বিবকপা রাহৈ তাজনীংলিবা
মসিগী মবম খঙদববা।

কবি নত্তবদা ঐহাক্না
ইমান্নবীদা ওনসিন্দুনা
নঙবু য়েংনা রাবী শাজবা
তশেংনা খঙদবা ওইববদি
চাউগদবা রাংলি ঈবুংঙো।

অচীকপনা ঐবু শান্নবিবে
তূমদনা মঙ মঙবা তম্বিবে
লম্বীদা নৈবু পায়বগা চংচবা
কনানো অমদা পীনবা খূদোলনি
কনানো হায়বদো নঙনি ঈবুংঙো।

# ঙাইয়ু হায়দুনা ঙাইহল্লগা

ঙাইয়ু হায়দুনা ঙাইহল্লগা
নঙনা কবিগী লাক্ত্রিবা
নপাউ অমত্তা তাহনবিদে
ঐগী মবমসু হংবিবদে।

য়েন্নীংহাগী গুলাব পীবর্শী:
ঐনি খল্লু শিন্নবশী
নঙনা চৎহি থাবল্লক্তো
ঐনা নৈচৌই ইদোম লেপ্পুনা।

নুংশি শৈবোল ব্রাহে কথা
নীংশিং নীংশিং কপ্পি ঐনা
কাউববোইদবা ব্রাফম অমগী
ব্রাবীদি নীদবা য়াবোইদৌবি।

# লাক্লিবরা মাবু তুংহন্না য়েংজৈ

লাক্লিববা মাবু তুংহন্না য়েংজৈ
খোঙথাং তপ্না তপ্না থাংজৈ
হায়বিবকপা ৱাহৈ ঐনা ঙাইজৈ।

মীৎচিনা হাইফেৎ য়েংজবগা
ইবাল লৈববগুম লূকথজবা
হৌনশা নত্তববা খোয়দাকবগী
লৈশাবী ওইবদুনা ঐহাকসু
অপাম নুংশি মমি তাবে।

ঈমাঙদা মাবু লেপহন্নীংই
ঐগীনি হায়না লৈহন্নীংই
ঐগী ইতৌসি খঙদ্রববা
ঈকায়দুনা লৈবা ঙম্লক্তবে
পোত্থাফম খঙদ্রে থম্মোয়সে।

মকে শেমজবা লৈশাবীনা
কবি কান্নে উবিদ্রবদা
য়েন্নীংথাবু য়েংনিংদববা
পাঙদবা অপঙবা পাখঙসে
নুংশিবগী মীৎকপ থোকহন্নীংলে।

# ঐগীনি হায়বদা লেন্নরোইদরা খল্লম্বী

ঐগীনি হায়বদা লেন্নবোইদবা খল্লম্বী
ঐগী চান্নবী নহাকসে
অসুম অসুম ফজবক্রে
নুংশিবসু হেনগৎলক্রে।

কনা কনাগুম্বী মীগী লোয়নবী
শকহেনবী কয়া উকবে য়েংলুবে
মীওইবনিনা মিতাবা য়াওকই
অবেম্বদা ঐদি ইবাল লঙজকই।

মুশুক মুশুক মীনা ঙাঙনবা লৈ
চৈফম কোক্তবী তাৎকী অবোনবা লৈ
মদুগুম্বী নুপীগী নুপা ওইদৌ শকক
পুক্সিচৃপ্পা যৃম পান্দবনা ফৈ।

ফজবা অথীবা লাইবক্তা তম্বনি
থম্মোয় থম্মোয় শেংলগা লোইবে
পৃকচেল তিন্ননা হিংবদুনি পাম্বদি
নঙসে ঐগীনি ঐসে নঙগীনি।

# ঐনা শিবদা পুজম্ভ্রগে

ঐনা শিবদা পুজম্ভ্রগে
হায়দোক্লবোই তমথোক্লবোই কনাদসু
অইবা ওইনসু থল্লল্লবোই
নঙবু নুংশি হায়বা ব্রাইহেসে।

নীংশিংদুনা লৈবসু নহাক্লি
কাউবা ঙমদবসু নহাক্লি
নঙগী ঐগী ওইবা কয়া
নিনফুং নিনফুং ঙাঙনহৌবসনু।

নোংমদু ঙাইবদা মশীং নাইদে
অমুক্তং নঙগা ব্রাবী শানগে
নীংজবা খঞ্জবা অবেম্বা ঙাক্তনি
নীংঙমদবা মৈচাকসি নুংশিবগীনি।

# নুংশিববুদি নুংশি মাবু

নুংশিববুদি নুংশি মাবু
অদুদা ঐনা খঞ্জানবিবদি
মায়খোঙ মকা লাম্মনবসিদা
থাজদনা কনা নৈবমগদবা খল্লী।

য়েংজবগা ঐনা পেঙ্গবসিনদি
কবিবু কান্নবি লাইমল ওইনবনি
পাঙমন্দবসিদা থম্মোয়সিনা
পুক্লীংগী রাহৈ তাবিবা নৈত্রে
ওমচাক্লনা ঐদি মৈশা লাংলে।

নোংমা নোংমা হৌখি পুক্সিসিনদি
য়েন্নীংথা নাকেম্থা খেন্নবা কাউবে
ঈচেলদা হোর্নখিবা হিবু য়েংনা ঐনা
তোববান মনাক্কী উপালগুম লেপ্লি
নুংশি হায়না শোন্দুনা নৈবি।

# ঐগী অনীংবসে মানা খঙবিদরে

ঐগী অনীংবসে মানা খঙবিদবে
কৌনিংবদি কয়ানি ঈচিলসিনা
পাম্মুবা নুংশিবা চান্নবা থৱায় ওইবা
অসি য়ৌনা ঐনা মাবু নুংশি।

ফিমক্তা ইল্লে মচুবু খঞ্জে
ফনেকমক্তা শেংলে মখলবু নাইজে
য়াদববা খন্না মিংশেলবু য়েংজে
খোইকম মোমোন নোকপসু তমজে
উহন্নীংবসে মঙোন্দনি মঙোন্দা।

মঙদা মাগা অমত্তা ওইবন্মী
নুংশি ঈচেন্দা হি হোনমিন্নবন্মী
অয়ুক্তা ঐনা ৱাখন্দা উংবদা
কবি তৌবে ঈমানা হংলকই
মসিগুম্বা ৱাবীসে লীনীংবনি লীনিংবা।

# লোম্বোক্তবী ওইনা লৌরিনি ঐসে

লোম্বোক্তবী ওইনা লৌবিনি ঐসে
ব্রা ঙাঙদবদুদা ব্রাবৌবিনি নঙসে
নুমিত্তো নঙনা হায়দ্রিঙৈদা খুমত্রবনি
নুংশি হায়না নঙবু ঐগী থম্মোয়না।

গুলাব পায়বগা লাকপদা নঙনা
ঐগী শমজীদা থেংনীংবনি খঙই
ঐনা কমালনা মায়থোঙবু নাম্বোকচবা
পীয়ু হায়নবা নঙোন্দা উহনবনি
থম্মোয় অনীনা ওইনবিঙৈ থেঙখিবনি
থা থোবকপনা হানখিবনি।

ব্রাহংগী পাউখুম পীদ্রবসু
নুজাগী ইতৌসে খঙদ্রবোই নঙবু
থাজনবা নঙনা ঐবু কবি উৎলুগে
মীৎকি পিসে তানিংদুনা তাবা নত্তে
নুংশি পম্বুংদো মসি নি হায়বিয়ু
থম্মোয়সে নফমদা শিন্নহনবিয়ু।

# নঙদি অসুম নহা ওল্লক্রে

নঙদি অসুম নহা ওল্লক্রে
য়েংবদা পাখঙ মচা মাল্লক্রে।

পাবুঙ ঈপুবোক কৌবকপদা লৈশাবীনা
খোইদৌ শাউগৎপা পোক্লেদো নহাক্তি
চৈশু পায়না পাযনা নম্বাঙ তিংখৎপা শাজেল
খঙহনবনি মদুনা অহল ওইবে নঙসে।

মীৎসু ফবি য়েংনীংবদু য়েংলি
যাসু তেক্তি চানীংবদু চাবি
নশম অদুতং মচু শঙলবা
মশক খঙলবোই ঐগী ওইবা নঙসে।

য়েংবগী পেন্দে হায়বন্বী ঐসে
নোংমতা নখৃৎনা নানবীবদ্রে
ঝাকিং চৎপদা তোয়না ঈশৈ ঙংলে
কবিনো অমা তৌবে হন্দক নঙসে।

# থাবলগী ফজবা খঙদবী মঙোন্দা

থাবলগী ফজবা খঙদবী মঙোন্দা
কবম্লা হৌদোক্লগনি নুংশি নুংওনগী ৱাবী
থম্মোয় পান্দবী নুজা মঙোন্দা
কবম্লা খঙহল্লগনি মাবু ঐনা নুংশি।

হোৎনখি ঐনা কযাবক হন্না
অমুক্তংদি উনগে মভাঙ চাবা ঙাইনা
মতম ফংবদা ঙকাযববসু ফোঙদোক্কে
থম্মোয়গী ওইবা ৱাহৈ মঙা তবা
তাবিবা তাবিদবা মদুনা অমনি।

নোকপদুম নোক্লবা ঐঙোন্দা
চৈবদুম চৈববা তথিনা
হায়হৈদে হাযববসু লোইবেদো ঐদি
মোইবাং কংলৈবোলগী নোংবান্দি ওইনিংদে
লায়ব মচা খম্বসু পাঙমন্দে।

# নঙনদি ঐবু উদ্রবনি খন্দুনা

নঙনদি ঐবু উদ্রবনি খন্দুনা
লক্লগে মতাগুম লোৎলির্বনি
ঐনদি নঙবু উদবা শাদুনা
ঙাইবদা রাবগী রাবৌশিন্নবি।

নৈদি নৈকোলদা শাৎচবনি
নঙদি থম্মোয়দা ঙাপ্লিবনি
নৈগী ফজবা নঙগী নীংথিবা
মায়থোঙ অনীগী খেন্নবা খঙই
কেকু লোৎপা ঐদি ফোঙবা ঙম্মী।

ঐবু কবিগুম্বদা হন্দোক্লমগনু
নুংশি ঈপাক্রা কঙাওনহনগনু
কাযনবগী পিবাং থুংনবগী মীনোক
অরাবা নুংঙাইবা নঙোন্দা নৈবে
ঐগী পুন্সিসে ঈশৈ ওইহল্লে।

# মখোয়না ঐঙোন্দা য়েংলক্নে

মখোযনা ঐঙোন্দা য়েংলক্নে
লৈশাবীনি হায়বা খঙলমাল্লে
ঐগী ঈতুং ইন্নবক্নে
ঐগী ইতৌ যেংনীংমাল্লে।

পাখঙ ওইবা মখোয়সে
ঙাওবগী ঙাওবা ঙাওহল্লগে
খোইকম মোমোন নোকসিন্নগে
হাবু ঙাঙবা শাবগে।

লৈকোলদবু চঙলুগে
লৈ অমদুম হেক্লুগে
শমজীদবু থেৎলগে
লেন্না লেন্না খোয়বাওহনগে।

# ঝাহে অমত্তং হায়বিরকপা ঙাইবনি

ঝাহে অমত্তং হায়বিবকপা ঙাইবনি
ফোংনা হায়বা য়াদ্রবসু
ফাগিদংদি তৌবিবা য়াবনি।

থেংনবা উনবা খুদীংদা
য়েংজৈ নঙবু লোন্না লোন্না
নুপা খোক্তবা নতৌদুদা
কয়া শাউনীংই খঙববা
নঙদি ঝা ঙাঙদে।

নাকোয়ননা য়াম্না উৎপ্রেনা
নঙবু নুংশি খঙহনপ্রেনা
নাচোমফাওবা থাদজবনি
তাহৌবে হায়বকপা তাজনীংদুনা
নঙদি ঝা ঙাঙদে।

# লৈ হেকপগী ঐনা

লৈ হেকপগী ঐনা
লৈকোলদা লৈবিঙে মতমদা
মানা ঈনাক্তা চঙশিল্লকখি
ব্রা অমা হাযনীংই হায়বখি।

কুইবে হায়গে নীংবা অমা লৈ
থম্মোয়দা অসুম ওমচাক্লা লৈ
ঐসু খঙলমগনি হায়বম্মী
কবিনো হায়বদি ফোঙদোক্লমদে
অকবা কবিবু ওইবমগদগে
ঐসে খোয়বাঙবা হেনগৎলক্লে।

শমজীবৈসে লৌনীংনবা লেন্নগে
নাচোমদা ব্রাবী শাশিন্নগে
হায়বো নঙনা হায়গে হায়বদো
থম্মোয় মশেন্দি খঙনখিবা কুইবেদো
চীনবালদা ঈশৈ ঙংনিংলক্লে
মথূম মবাং হৌনা নুংওল্লক্লে।

# নঙসে মাবু ঙাইবা মাল্লিকো

নঙসে মাবু ঙাইবা মাল্লিকো
নঙগী মীৎয়েং তথক তথকইকো
লৈদুনা কনাদা খূদোল তম্নবনো
লৈদুনা শান্নবগা কবিবু খনবনো।

হন্দক মবক কবিনো অমা তৌই
মহৌশাগা মান্নদে নঙগী নতৌ
য়ূমদা লৈবে লৈকোলদা চৎলে
তত্তনা ঈশৈ ঙংই নঙসে
অচীকপদা ঙাওবমগদবা মাল্লিকো।

লৈজদবনিনা ঐগীদি কনা
লীনিংঙাই ব্রাবী লৈতে ঈতা
অযুক নুংথিল থেংনবা খুদীং
কেদুনা লৈবগী উইনে খুদম
খম্নল চাউবী খোয়বাঙলমগনি খল্লীকো।

## ঈশৈ শকউ হায়রনু ঐবু

ঈশৈ শকউ হায়বনু ঐবু
মাবু অমুক নীংশিংহল্লনু
নখোয়না য়াদবদগী ঈশৈ শক্লবদি
মাবু নীংশিংবদা কপ্লক্লনি ঐদি।

ঐগী নুংশিবদা য়াওই য়াম্লা
মাবু নুংশিবগী ব্লাহৈ কয়া
নুংশিবনা মীবাযববা ঐহাক্লা
মাবু নুংশিবগী শৈথবা তাবববা
ঐবু ঈশৈ শক্লদবা।

থাবল ফবা উবা য়াদে
নৈ শাংপা য়েংবা য়াদে
ঐদি হেক্তা পিসে নৌবকই
কাউবা ঙমদনা মাবু নীংশিংলকই
ঐবু ঈশৈ শক্লদবা।

## লাক্কনি হায়বা খঙই ঐদি

লাক্কনি হায়বা খঙই ঐদি
থাজদুনা নঙবু ঙাইবিবনি
থা থোকপা য়েংজবগ্নিবনি
থাবল্লেগী লৈনমদা ঙাওজবগ্নিবনি।

লিবি হুম্বা মালংবসে
শজিবুগী নোংলৈ নুংশিৎ নত্তে
লৈ চবোং নীকপা কনানো
খোইয়ুম লাইবা য়েংগেদো
ঐদি খংবিবোই খঙলববা।

তম্নবাই থোকপগী মতম নত্তে
গুলাবতা মকু খোংবা হৌনদে
ঐগী ওইবা নঙবু লাক্লো
থম্মোয় পাউদম তাবো লাক্লো
ঐদি কিবিবোই কবিমত্তা।

# কাউরুরবা অমা নীংশিংলক্লে

কাউকরবা অমা নীংশিংলক্লে
মথণ্ড মথণ্ড বারী লীবক্লে
পোক্লফম লমদম পাংলকপদা
ঐনা যূমদা হল্লকপদা।

মাগা ঐগা ফম্মিন্নবগা
ঙাথদুনা বাবী শামিন্নখিবা
উচাল পাম্বীদুদি চাউবন্নে
চীংয়াগী লৈকোলদি লৈবমদরে
ঐনা খল্লী পাম্বোম চোংইদা
ঙাইমিন্নসি হায়নবনিদো।

যূমদা চঙদনা মখোয়রোমদা চংলুই
মাবু লৈবরা চেপথদুনা য়েংলুই
মাঙোলদা ফমদুনা লৈবু লেংলম্মী
শিবাং শীঙ্খবা তৈথোকপা উখি
ঐনা খল্লী ঙসি লুহোংবনি
কদায়দনো খঙদনা ঐসে চংলম্মী।

# নোংমা ঐনা চৎলি শগোল তোংদুনা ইদোম

নোংমা ঐনা চৎলি শগোল তোংদুনা ইদোম
খুঙ্গং খুনয়া ফাওনা চীংয়া তময়া লান্না
য়েংনীংদুনা ঐনা ফজবা নীংথিবা কয়া
খওনীংদুনা ঐনা যুম্বাল-কৈবাল য়াওনা।

লমশাং চৎপদা অসুম চোকথবদুনা ঐনা
উপাল অমগী মকমদা পোশাবিঙেদা নুংঙাইনা
খাঙদা পুনবু য়েন্নী হৌনদুনা মমান্নবী
খুঙ্গং চন্‌ নিংঙোল ঈশিং শোকপা চংপী
মীৎচিনবু ফল্লপ ফল্লপ্পবু য়েংই
নিংথৌ মচা ওইন উববা খল্লী।

নিংঙাইবুদি তৌবে ঐগী শগোল য়াইশা
চৎলু হায়বা য়াদ্রে শাজে থাবে য়াদ্রে
কোয়না কোয়না চেল্লী খুঙ্গংগীদি লম্পাক্তা
লৈশিন্দুনা লৈবে লৈশাবীগীদি মনাক্তা
খল্লী ঐনা ব্রাখল কবিবুদি তৌববা
মাসু ঐগী ব্রাখল খওলববা ।

## ফোঙদোক্তবসি য়াম্না ৱায়

ফোঙদোক্তবসি য়াম্না ৱায়
ওইবে খনম্লবনি ঐগীদি থৱায়
খঙবিববনি খনখী ঐনা
নীংজবিবসে মাবু য়াম্না।

উনবা থেংনবা খুদীংদা
মাসু ঐসু য়েংনৈ তত্তনা
পুক্নীংদা নীংবা ৱাখলদা খনবা
তমজবা ঙমদবগী য়াম্না ৱায়।

খোঙথাং তপ্না থাংদুনা
শন্নাংনা মায়থোঙ খুমদুনা
উশিন্নদনা লূকথশিন্নবা
তানীংবা নত্তবরা ঐগী ৱা।

# ফজবা লৈ অমা য়েংলিঙেদা

ফজবা লৈ অমা য়েংলিঙেদা
নঙদি ঈনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী
নোকমি নোকমি য়েংলদুনা
ঐঙোন্দা অমুক লৈদা অমুক।

ফজমনখ্রবদুদা লৈদুনা
ঐসে পুমশুম শুন্দাংলুরে
কদায়দগী অপাইবা ব্রাখলনো
পুক্নীংগী লৈকোলদা শাংহন্নীংলুবে
নঙসে ঐগী লৈবি খঙনা।

ঐগী খোঙথাং লান্না থাংলুদে
মতুঙ তাথদে ঙাইহাক্তং ঙাওকবে
পুন্সিবোল অমদা নৌহৌনরুরে
মতাঙ চাদনা য়েন্নীং হল্লুবে
থম্মোয়গী মবেম্মা লৈনা লৈনা।

# ঐগী থম্মোয়সে খঙবিদ্রে খল্লুই

ঐগী থম্মোয়সে খঙবিদ্রে খল্লুই
নীংবা কায়নবনি কান্নদ্রে নীংলুই
ঐগী ৱাখলসে ওন্নরন্রে
মানসু ঐবু নীংলন্নে।

নোংমা ঐনা লম্বীসিদা চৎলুই
থাজদনা মাগা থেংনরুই
হরাও হৱাও কৌরকই মানা
কদায়দা চৎলুবনো হংলকই ঐঙোন্দা
য়ুমদা হল্লকপদা ঈশৈ ঙংই ঐদি।

নোংমা ঐনা ঈশিং চাইৱী য়েংবদা
য়েংলম্মী মাসু মমান্নবী খরগা
খোইরুম মোমোন নোক্ল নোক্লা
থাদরম্মী নাচোম খুন্নবা ঐনা
য়ুমদা হল্লকপদা ঈশৈ ঙংই ঐদি।

## ঐনা চংকদবা লম্বীদা

ঐনা চংকদবা লম্বীদা
নঙনা ঙাইদুনা লৈবম্বদা
ঐনা য়াম্মা শাউখি
পিবু তানা কপখি।

নঙবু ঐনা নুংশিদবনা
নশকফাওবা য়েংনিংদবনা
মীমাঙ পোমাঙ নাইদবমখে
চৈখি চীনসে পেনবমখে।

নোংমা নঙনা ঐঙোন্দা
ঈকায় ঈকায়না হায়বকপদা
পুক্নীং ঐগী খোয়জঙলুদে
ৱাহৈ অমত্তসু নীংশিংহৌদে।

অশেংবা নুংশিবা খঙলবদা
তশেংনা ঐবু খনবিবদা
নীংঙমহৌদ্রবী ঐহাক্তি
অমুক্তং শেংদোক্নীংই ঙসিদি।

# মৌ নহাগী শমজীদা

মৌ নহাগী শমজীদা
শমজীবে ওইনা থেংপদা
পকচগদবা লৈদো
ঐদি খঙইদো।

ঐগী লৈকোল লৈরিনে
লৈখল শুনা শাংলিনে
পামগদবা লৈদো উবেদনা
লুতুংগী শম্বুলদু ওনশিল্লকউদনা।

গোমশাংনবী লৈ হেক্লসিবা
ফুগায়না শাংপী লৈ খল্লসিবা
কেবিবা মওংসু খঙজবে
কুচুগা চানবসু উজবে।

নহাসু অহলসু ঙাওননবা
নঙবু য়েংনীংদুনা লৈনীংনবা
কবি লাইরা শোল্লুগে
থেংত্রিঙেদা শমজীবেসে।

# নৈ শাংগা য়েংনা য়েংনা

নৈ শাংগা য়েংনা য়েংনা
নওনা নদোম তুম্মীন্না চংগদা
ঐনা করি খল্লী খওবরা
তমগে লাউনে ফন্নো ঈনাক্তা।

ঐনা খনবনি পুক্নীংদা অসুম্না
নওসে ঐগী ওইরে হায়না
পম্বুং য়ৌবগী মূবাল অমদা
পুন্সি মরেল অমা হৌরে হায়না।

নওনা ওইদা ঐনা য়েন্তা
ঈচানা ময়ায়দা মখূং শমদুনা
হয়াও নুংঙাইনা চংগদে ওইনা
ঐগী মীত্তা উরেনে অদুম্না।

# গুলাব অমা থেৎপিরম্মী

গুলাব অমা থেৎপিবম্মী
মদুগী মবম থিবদনি
মাবু অসুম নুংশিবক্লিবা
নীংশিংবা থোইনা হেনগৎলক্লিবা।

মাগা নোংমা থেংনবদা
হায়বম্মী ঐঙোন্দা নোকমি নোকমিনা
লৈমল চলহনগনু লৈবাংদো
লৈকা চেইহনগনু শমজীবেদো
নফমদা খুদোল তমখিবদো।

অমুক্তা ফোঙদোক্লদে নাপ্লসিদা
যৌবাংনা ভাইজবা ব্রাহৈদো
মমল যাম্মী মাগী মীৎয়েংদো
কাউবা ঙমদে ঐদি মহাক্তো
নুজা ওইবীবু উবিদ্রবিদো।

# নোংমা নওসে লাক্কনি থাজদুনা

নোংমা নওসে লাক্কনি থাজদুনা
অসুক কুইবসে ঙাইজবনি ঐনা
কয়া হাবা ঐনা মদু খঙদে নঙনা
নুপাগা নুপীগা মায়দে কাউববা।

পোৎম্রৈঙৈ লৈবাংগী পুন্সিদি হৌত্রবনি
ফৃগানা শাৎলবা লৈবাংনি হৌজিক্তি
খোইমুবু কিগদবা শম্বলদা লোংকদবা
নুমিদাং যৌবগা কৈদনো থাজবা
লৈবাং ওইবা নুজা মপোক্কি খঙদবা।

পনেম পঙ্গৈনা মচাগী খন্দুনা
কননো অমদা থাজন্ত্রবদা
মতমদুদা ঐদি কবি ওইগনি
লাক্কদবা অমা লৈবি ঐগী
ঈকায খঙদবী ওইনা হায়বা তাববা।

# নঙগী থম্মোয়না লৈ ওল্লকপা

নঙগী থম্মোয়না লৈ ওল্লকপা
ঙাইখিনি ঐদি পুন্সি চুপ্পা
নঙগী পুক্নীংনা নুংওল্লকপা
য়েংখিনি ঐদি মতমদুফাওবা।

মায়থোঙদু য়েংলগা ঐনা নুংঙাইহৈজে
য়াবা অমতংগী মৈশা লাংজে
নঙবু নুংশি হায়বদি হায়জদে
নঙগা মীৎচাননা অসুম্মক লৈজগে
ঐনা কবি খল্লী খঙববা
হৎউ নঙগী থম্মোয়দা।

নঙগী শমজীদা থেৎনবা লৈসে
কনাদা খূদোল তম্মবা নত্তে
ব্রাবী কয়া লীনীংই ঐসে
নঙবু উবদা লোইনা কাউবে
ঐনা কবি খল্লী খঙববা
হৎউ নঙগী থম্মোয়দা।

# থাবলদা ঙাওজবী ঐসে

থাবলদা ঙাওজবী ঐসে
ঙসিদি থাবল য়েংজনীংদ্রে
লৌনম্বা কনাবু নীংশিংই
মৈচাকসে অহোইনা হেল্লি।

মীনদি হায়নৈ মেবাগী থাবলগা
মবী লৈনৈ নুংশি নুংওনগা
কায়নবা মতুঙদা ঐসু খঙলে
থাশিগী মম্বদুনা হেয়বু পাল্লে।

থাজবু য়েংদুনা ৱাবী শাবদা
হৌখিবা খঙহৌদে অহিং কয়া
শমজীবৈ ওইখিবী কবোক্কে লৈবাংদা
ঐবু ৱাহনবগী ৱাকৎলি মঙোন্দা।

# ঙরাংগী ৱারীদু মখা তাখো

ঙবাংগী ৱাবীদু মখা তাখো
ঙসিসু ঐদি হায়নীংলি লীখো।

নতম্পাক্তা মোনবু খাঙদুনা
ৱাবী অসুম তানা তানা
মঙলান কয়া শাগৎলি ঐনা
কনাগীসু ওইহল্লোই থম্মোয়দগী থাপহল্লোই
থৱায়নি ঐগীদি পাম্মুজবা।

থাবলদা ফমদুনা থাজবু য়েংদুনা
উবী ওইবীনা উপালদা ওইনবা
মীৎকপ থোকহল্লি অহিংগী লীক্লানা
লৈবম্মী নঙদি ঈশৈবু ঙংদুনা
হৌগৎলি ঐনা পাখৎচদুনা।

# নঙনি খন্দুনা তফিং তফিং চেন্দুনা

নঙনি খন্দুনা তফিং তফিং চেন্দুনা
কোম্বোং ৱাংমা লান্না চেপথ চেপথ য়েংলুই।

ঐনা মঙ্গোলদা হকচিক লাংনা ফম্মী
নঙগী ৱাখলদা মঙলান কয়া শাগৎলি
ৱাখলনা অমনি মীৎয়েংনা অমনি
ঐনা ঐবু কদায়দা লৈবি কাউই।

কুন্দো লৈবাংনা শাংপা উবদগী
লুহোংবা কোয়বগী খোঙথাং তম্লীংলকই
অমুকসু কপ্পী অমুকসু নোকই
নোংদম্বনা কবি তন্নিগবা খল্লী।

# নঙগী ঐগী নুংশি ৱারী

নঙগী ঐগী নুংশি ৱারী
ঙসিদি লোইবে লীনীংঙাই নৈত্রে
পনখৈ অমা লানশিল্লক্লে
পন্দুপ অমা লোইশিল্লক্লে।

হৱাও হৱাও হিংমিন্নবক্লে
অৱা নুংঙাই লোয়নবক্লে
থৱাগ তনা নোকমিন্নবা য়াওখি
হন্মোয় শোক্লা ৱাবৌনবা য়াওখি
ইবঙ কুম্মৈদা শকক য়াখি।

ৱারী মখা তাবো য়াদ্রে
শৈরোই ঈশৈনা মমৈ খোন্নে
ঊনা উনা মাঙখ্রবা মায়থোঙদো
চিংশিংবা মচুনা শঙহৌবে লকাদা
মসিনি ঐগী তাযদ্রিবা ৱাহৈদি।

# ঐবু নুংশিদে হায়বদি হায়রগা

ঐবু নুংশিদে হায়বদি হায়বগা
কবিগী নঙনা মোমোন নোক্লিবা
নমান্নবীদা য়েংবা শাবগা
কবিগী নঙনা লৈদা ব্রা ঙাঙলিবা।

ঐগী ব্রাখল হায়ফম খঙদে
ফোঙদোক্লীংবা কয়াদি লৈবে
ঐবু য়েংনিংদবা ঊৎলিবী নঙগী
শুগৎলগা নোকপা মীনোক্তুদা ঙাওই
ঐদি ঙাওবে ঙাওবে।

থাবলদা ফম্মী থাজদা য়েংই
নঙনা মীৎচি খল্লকপোই খল্লূই
নুংশিবসু শাবা নুংশিদবসু শাবা
শানৌ নতৌবু থাদুনা ঐনা
ঈশৈ শকই শকই।

# কবি হায়বক্কদগে খন্দুনা ঐনা

কবি হাযবক্কদগে খন্দুনা ঐনা
তপ্না চৎচৈ তুং হন্না য়েংদুনা
নুংশি রাহৈ ঙাইনা ঙাইনা
নিংঙোল পুক্লীং নুংওন্না।

ফাগি অমতং তৌবক্লবা
শমজীবৈসে ফজে হায়বক্লবা
কবি খুমসিগে খল্লীবনি
খোইমু ওইনা পাইবক্লো হায়গে।

নোকফেৎ নোকফেৎ নকশিল্লক্লবা
মিংনা কবি কৌই হংলক্লবা
লম্পী উফুল হৌদ্রি যাম্না রাংলি
নুংশিবিবসি মিংদবা ঐঙোন্দবা হংগে।

# মতাঙ চাবদা হায়গে হায়বদো

মতাঙ চাবদা হায়গে হায়বদো
নোংমা নঙগা ঐগা থেংনবদা
ঙসিদি হায়বো হায়বা য়াদ্রিববা
কৈদৌঙৈ লাক্কনি মতাঙ চাবা।

হংগদবা ওইবগা ঐসু [illegible]
ৱাৰী ওইবগা তম্মীন্না তাবগে
নুমিদাংৱাইরম্বী অচাকপদা
হকচিক লাংলিবাসি ঈবাম্মিতনি।

নিংঙোন্না পাখঙদা য়েংবা ঙমজদদুনা
ঈকায়বা খাঙজবি লূকথজদুনা
খোইকুম মোমোন নোকচবা ঐনা
নুংশিং শীত্তনা উনা লেঙববা।

# নঙসে মহৌশাগা মান্নদনা উরে

নঙসে মহৌশাগা মান্নদনা উবে
ঐসে খল্লমদবা ব্রাথলবু খল্লে
উবগা ঐবু মোম্মোন নোক্লশ্বী
কবিগী নঙবু ওইবিবা নৌনশ্বী।

ঈবুধৌ থাংজিং লাই ওবা ওবদা নোংমা
নৈমা জগোয় শাবদা নঙনা
ঐবু উবদা হৈনীংদনা উহি
লাইবুঙদা নঙসে জগোয় খৃৎথেক কায়খি
কবিণীনো মদু হংনীংদুনা নৈবকই।

নমান্নবী নুহোংবগী নৈ হেকপা চৎপদা
নঙনা মতুঙদা নৈথদুনা নৈহৌবদো
হৌদনদ নশক নকোক ফিনা খুম্বদো
ইমান্নবগী মমাংদা ইকাথজাবি ঐদি
কবিগীনো মদু নংঙেদনা নুংশিবদি।

## থাবলসে মখোয়দসু ফরমগনি

থাবলসে মখোয়দসু ফবমগনি
থাবল্লে লৈবাংসু শাৎলমগনি
অহিংগী ফজবা য়েংলমগনি
মওল মওল খল্লমগনি।

ঐবু অসুম কোয়কসিবা
লৈকোলদা লৈববা য়েংলুসিবা
মাঙ্গোলদা মাবু ফল্লিদবা
থোঙনাউ হাংদুনা থল্লিদবা।

ঈশৈ শক্লুনা চৎলুসিবা
থাবল য়েংসি হৌরুসিবা
ঈথন্ত লৈবসে হৈনবক্তবে
থম্মোয়সে পোখাফম খঙলক্তবে।

# নঙবু উদ্রগা লৈবা ঙমজদবী ঐসে

নঙবু উদ্রগা লৈবা ঙমজদবী ঐসে
ঈমাঙদা লেপ্লবদা ঙসিদি নঙসে
কবিগী ঙমদবনো য়েংজবা
নুংশিবদা ঈকায়বা য়াওবববা।

লৈ অমা চিঞ্জদুনা ঐনা
নাচোম অমা থেৎচদুনা ঐনা
হকচাং চনবা মিংশেন্দা য়েংজৈ
খোইরুম মোমোন নোকপা তমজৈ
নঙগী নত্তবা কেজবা ঐনা।

থাবল্লে লৈবাং পায়দুনা ঐনা
থাবলদা ঈশৈ শকচেনে ঐনা
নোংইন পাইবকপবা তত্তনা য়েংজৈ
মাঙ্গ লাকনি থম্মোয়না থাজৈ
নঙগী নত্তবা ঙাওজবা ঐনা।

## ঐবু ঈশৈ শকহল্লগনু

ঐবু ঈশৈ শকহল্লগনু
মাবু নীংশিংনা কপহল্লগনু
ঐবু থেম্বীনবা মহাক্তি
ঙসিদি ওইখ্রে লম্লানবী।

ঐনা ব্রাবদা শকক য়াবম্বী
ঐনা নুংঙাইবদা মোমোন নোক্লম্বী
থব্রায়গী মবেম্মা মহাক্তি
নুংশিববু মমল লৈহল্লমদবে
ঐগী হায়বদু ওইখিদবে।

ঈশৈ মযেক খুদীংদা য়াওবি
মাগী ঐগী নুংশি ব্রাবী
ঈবম্বা চৈনাখোল কোক্লবোই
লাইম্নে চাক্রে ন'কেন্থাদা থম্মোয
ঐগী পুন্সিদি অব্'বনি।

# অমুবা শন্নাং মচু ঙৌদ্রে

অমুবা শন্নাং মচু ঙৌদ্রে
অনৌবা ফেসন অমদা লাক্লে
চনূ নিংঙোলশিংনা তবাম্লা ওক্লি
ইন্দিকা গোদ্রেজ ভাসমোল।

[illegible] [illegible] মৌনহাসু চত্তী যাথৌ হেন্নবীস্
ফ[illegible] [illegible] নায় হায তাবে শন্নাং
ঐগীদি মরূপ চাংবদুনা নোংমা
[illegible]লক্ষ্মী মচু মাগী মবেম্মগী শন্নাং
উকনে ঐনা চঙলুবদা অসুম।

ঐগী ঈবোক্তো চহি চাম্মা শুববীদো
ময়া হোববীদো মপোক হৌববীদো
মিসপু তাখিবী মশুনুপীদুনা নোংমা
শেন্নম্মী মকে মালহল্লী নহা
উকবে ঐনা মিংশেলদা য়েংলম্বা।

# অদুঙৈগী ফজবদো ঐবু শুম্নাংখিবদো

অদুঙৈগী ফজবদো ঐবু শুম্নাংখিবদো
কদায়দা চৎখ্রে ঙসিদি উদ্রেদো
মায়থোঙ থম্বালগী শকওং শাবালগী
চাউথোকচখি নঙনা মতম অমদদি।

মায়কৈ কয়াগী লল্লানবা কয়া
নঙগী নুংশিবদা লম্মাংনখি ঙম্না
মালংবা মাগী মপাউদগী ঐসু
লৈকাদা ঙংলবা ওইখিবনি খোইমু।

নঙগী শম্বুল হৈগ্রুমুক্তা চাউবে
শকফম কায়বে হৈবীগুম্না খুইবে
নখাঙসু কোল্লে নমীৎসু চোংলে
চহী মতাঙগা চানদনা উবে।

## শমজীরৈ অমা থেংং নাচোম অমা চিন

শমজীবৈ অমা থেংং নাচোম অমা চিন
করিনো অমা হায়বক্রবদি খন
নুমিৎ খুদীং ঐনা লম্বীসিদা ঙাইজৈ
নঙবু লাকপবা তত্তনা য়েংজৈ।

লৈকোলদা ফম্বদা উবনি ঐনা
লৈবাংদা খোইমুনা চীবোল তৌবা
মালং শহুমদা নৌজবিবীনা কপচবা
লৈমল চল্লবীনা লৈমায়দা কেনবদা
কয়া ব্রাজৈ ঐনা খঙহন্নীংই নঙোন্দা।

ময়েক য়াওদনা ঙংজৈ ঐনা ঈশৈ
থম্মোয়নুংদা শক্তম কনা খঙদনা লাৎচৈ
হায়বিবকপা ব্রাহৈ তাজনীংনা লৈজৈ
নুংশি মীৎয়েং অমা পায়মা মানা শামজৈ
অসুম তৌববা নুংশিবা হংজনীংই নঙোন্দা ।

# কবি ঈশৈ শরুনি ঐনা

কবি ঈশৈ শরুনি ঐনা
নঙগী মবমদা শৈথাবা নত্তনা
নঙনা ঐগী ঈশৈ ময়েক্লি
ফোঙদোক্লীংবসিদা সুবসু য়াওববনি।

নঙনা ঐবু পুক্লীং নুংঙাইহল্লে
ঐগীদি পূম্নমক য়েন্নীংথানি
নুংশুক-নুংজানা লৈহনবিবে
মায়কৈ খুদীংমক লৈকংলানি
ঐগী ঈশৈ ঐগী সুব
নুংশিবা হায়বদুদা মপাল তাংই।

নঙনা ঈনাক্তা গুলাবকুম শাৎলবা
কালেন নুংশাসু ৱাকচীংগুম ঈংবনি
বা ঙাওদনা নঙনা লৈখিবদা
থাবলদা ঐসে পোখাফম খঙদবনি
উদ্রে উনীংই য়েংলে য়েংনীংই
নুংশিবগী ময়াইদা ঐদি ঙাওই।

# হায়নখিবা মফমদুদা ঐদি য়ৌরুরে

হায়নখিবা মফমদুদা ঐদি য়ৌকুবে
লোৎকনবী নঙবু লৈববা য়েংলুবে
নহাকপু কুইনা ঙাইকুবে
খল্লম্বা ব্রাখল কাউখবে।

নিংঙোল কাগী মৈঙাল উবদা
নঙসে তূমদ্রি খল্লী ঐনা
ঈকায়জনা ঐনা থাজদা য়েংবদা
নোকসিল্লকই মোমোন মহৈশাগুম্না
ব্রাহংদুগী পাউখুমদনি
ঈখৌ লাংনা ঐনা নুংওঞ্জবনি।

খঙদবনা নোংদম্বগী নোংদম
উননীংনা উনদনা হৌগ্রে মতম
ব্রাজবগী ঐনা চোইবোলবু লোন্দুনা
চৎলগ্লেদো ঐদি কোম্বোং ব্রাংমা লান্না
নুংশিবসে অসুম্না তৌববনে
হংগে খনবা ঐদি কুইবেনে।

# পাখঙনা লৈশাবী য়েংবা য়াদবরা

পাখঙনা লৈশাবী য়েংবা য়াদববা
শকহেনবীদি মহৌশানা শাউগনববা
অদুদি হায়য়ু পূকচেল শেংনা
কবিগী কেবিবনো নঙনা।

নঙবু উনীংবগী লম্বীসিদা চৎচৈ
মায়খোঙদু উবগা লোন্নবু য়েংজৈ
ফাগি অমতং তৌজবগা
নঙবু ব্রাখল খলহঞ্জনীংই।

অঙাঙ মচাগুম ঈবাঙ লাঙনা
পামজদে ঐদি লক্লজবা
মীৎকা মীৎকা থম্মোয়গা থম্মোয়গা
নুংশি মবোল লোন্নজনীংই।

# ফজবসে ঐদি য়েংবগী পেন্দে

ফজবসে ঐদি য়েংবগী পেন্দে
য়েংনীংদুনা অসুম কাউওমদনা লৈবে।

শুমহৎলে ঐদি মাগী ফজবনা
থম্মোয়সে থল্লে য়েন্নীংথাগী লৈনম্মা
শকখঙদবী অমগী শক্তম অমা
য়েক্লবে নীংশিংনবা রাখল মানা।

খঙহৌদনা খল্লক্লে তুম্মীন তুম্মীন্না
মফম অমা কল্লিবা মহাক অদুদা
নুংশি হায়নীংলক্লে রাহৈ ওইনা
নাপ্পদা ফোঙদোক্লীংলে অনীংবসে লোইনা।

# মতাঙ চাবসে নাঙ্গোকহন্নীংদেনে

মতাঙ চাবসে নাঙ্গোকহন্নীংদেনে
ঐবু কবি তৌসিগে হৌজিকসে
মাবু ঐনা নুংশি হায়বসে
মঙোন্দা কবম্না খঙহনসিগে।

ফিজীসে লৈমায়দা চিংলগা চৎসিবা
হো লৈশাবী ফি চিংলে হায়বক্লবা
নাচোমসে নাপ্পদা চিনগে তৌশিন্নসিবা
খৃত্তা পায়বিঙে লৌগে হায়বক্লবা
কবি অমত্তা থৌওইবিদ্রবা
অদু ওইববদি কবি তৌবা তাববা।

ইমান্নবীদা ওনশিন্দুনা ব্রাবী শাশিন্নসিবা
মাগী মবমদা ঙাঙনবে খন্ননবা
তুংদা য়েংলগা মোমোন নোকশিন্নসিবা
থম্মোয়না থম্মোয়দা ব্রা হায়বে খন্ননবা
ঐগী ইতৌসে খঙবিদ্রবা
অদু ওইববদি নুংশি হেক্তা হায়গদবা।

# হায়ফম খণ্ডদনা নুংঙাইরে ঙসিসে

হায়ফম খণ্ডদনা নুংঙাইবে ঙসিসে
নুংশি হায়বল্লে মানা ঐসে
জগোয় শানীংলে ঈশৈ শক্লীংলে
নহানমখৈগা মান্নদবে।

মিংশেলদা ঈশকসে তত্তনা য়েংগে
মোমোন মীনোক্লা পাউখোঙ চনগে
শমজীদা লৈসে উনবা থেংকে
মমাঙদা তুবং তুবংপু চংকে।

কৌনৈ ঙাঙনৈ থেংনৈ য়েংনৈ
কবম পাল্লি চম্না হংনৈ
নুজা ওইবীনা ইতৌ উৎচৈ
মানা হৌবকপা ঐনা ঙাইজৈ।

# নঙনদি উদ্রবনি খল্লীবা

নঙনদি উদ্রবনি খল্লীবা
শমজীরে থেংলি কাউরববা
লৈনম্না ঐবু কেকু ফোঙহল্লে
লোৎলু লোৎলু ঐনা ঈশৈ শংগে।

গুলাবতা তিংখং পাম্লি য়ূজখিনি
লৈরাংবা লাল্লবা ফাদুনা পূজখিনি
খোইমু অমনা ফজবদা শাওরবে
খম্বল চাউদবা ঐদি শন্নক্তবে।

নুংঙাই মঙলান্দা তূমথখিদুনা নঙনা
অহীংনা ঈচীক হল্লক্লবা কবিগুম্বা
থাজদা শিন্নরমগদরা থবানমিচাক্তা হায়বমগদরা
নোংঙান্দ্রিঙৈদা হৌদোকপিনবা।

# পাখঙ ফারবা নহাকপু

পাখঙ ফাববা নহাকপু
লৈশাবীগী মীৎয়েং খঙদববা
লম্বোইববা নহাকপু
নুংশি নুংওন্দগী লাপ্লববা।

লৈবাংদা খোইমুনা কবিগী ঙংলি
থাবলদা নোংইন্না কবিগী পাইবি
নৃপীজানা কেজবা কনাগীনো
পাউখুমগী ঙাইবিবনি কদায়নো।

লৈশাবীনা লেংবা লৈ পবেংনা
খাজিল্লবনি শম্বল ওইনা
থৌওইদনা চৎলবা থম্মোয় কায়জনি
কুন্দো লৈবাংদা হুংউ ঐগী মবমদি।

# ননাক্তা ঐদি অসুম ফমখিনি

ননাক্তা ঐদি অসুম ফমখিনি
নুংঙাইবা অমা পুক্নীংদা ফাওবি
থাজগা নঙগা মফজ অনী
কনানা হেনবগে চাংদম্নবি।

ঐনা লৈবসে হৈনদ্রববা
হনখিবা তাববদি তাল্লবনি খন্না
খাঙতপ্তা ৱাবী লোইশিল্লগনি
থৱানমিচাক্না ৱাবৌবগনি
থাবল্লেনা থম্মোয় কল্লা শোলহৌবগনি।

নাচোম চিনগে শমজীবৈ থেংকে
নুজাগী শাইনোন খজিক্কং খোথগে
ফজবা কদায়দা লৈবগে থিগে
হেঞ্জিল্লক্লে নুংশিবসে
মঙলান্দা তাউবে ঐগী পুন্সিসে।

## য়েংজনীংবা মায়থোঙদো য়েংজররোই

য়েংজনীংবা মায়থোঙদো য়েংজববোই
তাজনীংবা খোঞ্জেলদো তাজববোই
অবেম্বনি পূম্নমক খঙজবে
মঙলান ঙাক্তনি কান্নদবে।

নঙতনা লোইবে খঞ্জদুনা
হিংজকবে ঝাখল নুংঙাইনা
কনা অমবু খোয়দাকদে
থম্মোয়দা কনাসু লাংচকদে।

মৈশা লাংলবা হায়বদুবা
নীংবা কায়বগী চৈনাখোল্লা
নীংশিংলবোই খন্না কাউঙমদনা
কবিগী পিবাংনো শীঙ্খবিবা।

নুংশিবা নঙসে মঙাওথীদা
অসুম্না ওইবকনি থাজকদেদা
মমশিল্লক্লে ঐগী তাইবঙপানসে
নাইতোম তাজসনু কৈদৌদে।

# মতম অমদদি ওইহৌরগনি

মতম অমদদি ওইহৌবগনি
নঙগী ঐগী নুংশিবগী
শেংন-খাইনবগী ৱাবীসে
মতম অমগী ৱাবীনি।

ঈশৈ ময়েক নঙনা ওইবি
ঐদি খোঞ্জেল থোকহনবতনি
নীংশিংবা কয়ানা চাইদুনা লৈনে
শৈবোলবু ৱাংপা হৌনববনে
নঙদি ঈশৈদা তিনখ্রবনি
পূম্নমক ঐঙোন্দদি ৱাহংনি।

কপ্পী ঐসে নোকই ঐসে
মীনা ঙাঙনবা ঐদি খঙদে
পিবাংনা চোংলবা ঙাঙলবা মীৎসিদা
নঙনা ঈমাঙদা লেপ্লগুম উবদা
নমিংবু কৌদুনা লাকখো হায়জেনে
থেংনবশিংদা হংই কদোমদা চংখ্রবগে।

## নুংশিরুরে হায়বা নত্তনা

নুংশিকবে হায়বা নত্তনা
কবম্না পাউখুম পীবসিগে
অৱাবসে ময়েং তানবা
কনাদা ৱাবী লীবসিগে।

হায়নৈ ঙাঙনৈ কনানা
অৱাবদি ৱাবী শাদোকউ
মক্তপ মপাঙগা ফম্মিন্নৌ
ঙন্না য়াই নোকপা হাইফেত্তসু
থাবলদা মৈচাক ফাওবিনে
লৈবাংগী ফজবদা শুন্দাত্তবেনে।

পোকঙমদনা পোক্লবা
তাইবঙ মীওইবগী পুন্সিদা
নীংঙমদবনা লাকহংগ্রবদা
খল্লক্রে থৱায় থাবসিবা
নোক্লা নোক্লা হৌখিবা হে! নুংশিবা
পিবাংনা পোলোই ওইবদবা।

# ঈবোক্তি ফজরে পালির চঙলুরে

ঈবোক্তি ফজবে পালব চঙলুবে
শক-চু শেল্লে শম মচু শঙলে।

ঈবোক হয়েংদগীদি চৎলুবনু
বাবী লাইবিক তাকব্বনু
সনাবুল য়েপ্লো ঈশিং শোক্লুসি
নশু লৈশাবী ময়াম হৌকসি
ঈশৈ শক্লগা মাঞ্জ ঙাইকসি।

ঈবোক মতুংদদি বার্ত্তণ তৌবক্কে
লুহোংবগী কণ্যা মমান্নবী ওইসে
পায়গনু চৈশু নহা মালহনসি
খুইববা উঙ্গা মকে শেন্নসি
মিংশেল য়েংসি মোমোন নোকসি।

# করিনো নঙনা খল্লীবদুবু

কবিনো নঙনা খল্লীবদুবু
কয়া লুবা ব্রাখলনো
অচীকপসিদা উংলিবদুবু
হায়নিংবা অমা লৈবেকো।

হন্দক মবক ঈতা নঙসে
মঙৌশাগা ঈমান মান্নদে
উশাদা উচেক তোংবা য়াদে
লৈকাদা খোইমু চুংবা য়াদে
তুম্মীন তুম্মীন নথন্তা নোকই
ফিজীনা মায়থোঙ খুম্বসু য়াওই।

ঈমোন মোন্না উবে নঙসে
খঙন-চায়বা কনা লৈবে
হান্নদগী কেবা হেল্লে
মিংশেল তোয়না য়েংবা মাল্লে
ঈচম চম্বা শাবগা নঙদি
থম্মোয়দা কনা লাৎলি লাইনিংবী।

# নোংমতসু মাদি

নোংমতসু মাদি
ফাগি অমত্তা তৌবক্তে
য়েংবতমক য়েংলকই
ৱাহৈ অমত্তা হায়বক্তে।

থম্মোয়নদি নুংশিজৈনে
মাঙ্গ হায়না কৌনীংইনে
নিংঙোল পুক্নীং খঙবিনবা
কবি তৌসিগে ঈতা
ৱা অমদি তানসিদা।

খৃত্তা লাইৱা শোল্লগা
ঐগী মায়দা নাঙ্ববগা
লম্বীসিদা থংলগা
নুংশি হেক্তা হায়বসিবা
ঐদি পোত্থাফম খঙদ্রেদা।

# চৎঙ্রবরা মহাক্কুবু

চৎঙ্রববা মহাক্কুবু
ঙাইবমগে হায়বঙ্গনি ঐবু
কদায়দনো থিগদবসিবু
কনাদনো হংগদবসিবু।

হে! গুলাব লৈপোপ কায়ববা কবিগী
মাঞ্জ মানা নঙবু পুবকপবা হায়বনি
থব থজিক থেঙখিবদুগী
পাখঙ পুক্লীং ঝাবৌববোই মাদি।

হো! থাজ নোংদোলথক্তা ঙাল্লিবী
লৈকোলসিদা মাবু লৈবঙ্গবা হায়বনি
ঝাদি ঙাঙদে নোকপতমক নোকই
লৈতে পাউখুম ঝাহংদুগী ঐদি।

# হাইফেং য়েংলগা নোকফেং তৌরিবী

হাইফেং য়েংলগা নোকফেং তৌবিবী
ঐগী থম্মোয়না হংলি
নঙবু কনানো
কনানো নঙবু।

মমিং অর্মদি থোল্লমগনি
লৈফম অমদি লৈবমগনি
ঐদি নংগুম্না থেংনে
নুংশি জম্বীদা লম্পাঙ্গনবে।

য়েংবগী মবম লৈবমগনি
নোকপগী মবম লৈবমগনি
খঙনীংবা ঐগীদি হেনগৎলক্নি
কবিবু ঙাইদুনা ঐনা লেপ্লি।

ঈথোঙ থাংদুনা চৎপা ঙমদ্রে
থৱায়সে ননাক্তা লৈদুনা লৈবে
অনীংবা হায়বো হায়বে
ঐহে অমা কাঙথোক্লাংলে।

# ঐদি পোমদুনা লৈজনীংদরে

ঐদি পোমদুনা লৈজনীংদবে
ফুগায়না লৈশাৎ তমজনীংলে
ঐদি লৈনি
ঐদি লৈনি।

লৈলাংবী লৈশাবী লাক্লবদি
মখূত্তা য়েন্দাই পায়বক্লবদি
লুহোংবগী লৈ থিবিববা
হংগনি ঐবুদি হেক্লীংদববা।

মতম চাদনা পাইবকপা
খোইমুনা লৈকাদা ঙংলববা
লাইশঙদা চৎলিবীশিং খাল্লগা
খুমহনগনি মহাক্লীসি অশেংববা।

# ঙাইখো খোয়নৌখোয় লেপখিসি

ঙাইখো খোয়নৌখোয় লেপখিসি
মাগী মতৌসি য়েংখিসি
ঐখোয় নোকশিন্নসি
উদবসু শাসি।

শমসে অমুক্তা শেমজীনখিগে
ফিসে নীংথিনা ইনশিনখিগে
খোঙথাং তপ্পা চৎলসিকে
মানা হেনগৎলকপা ওইরিসনো
নুংশি ৱাবী হৌদোবকসনু।

কবিগুম্বা খবা হংলক্লবা
ৱাবী শাবা হৌবক্লবা
কবিসু খন্দবা শাদুনা
য়েংদুনা চৎসি অতিয়াদা
মদোম থম্মোয় চাকচবসনু।

## খুদোল অমতং তমহৌনবা

খুদোল অমতং তমহৌনবা
অবোইবা ওইনা পাউমেনহৌনবা
লাকখি উননীংনা ইতোম্মতা
নঙগী লুহোংবা নুমিত্তা।

ঙসিনি নঙদি চৎখ্রগদবা
যুম্মাক শাগে ওনখ্রগদবা
খাখলসে ফুম্বংনখি থম্মোয়সে ওনীকখি
মায়কৈ খুদীংদা নঙসে উখি
ঈমাং উইশিন্দুনা অরাবা খাঙখি।

কোবৌ মঙাল লৈবিববা য়েংনা
থেঙখ্রমাল্লে থুংলবদো ঐনা
লুহোংবা লোইবল্লে লৈ হুক্কল্লে
নীংবা কায়না ঐসে হল্লক্লে
তম্মিংবা খুদোলদি থোঙ্গান্দা থম্নল্লে।

# থাজনা য়েংলি কনা কনা লৈরি

থাজনা য়েংলি কনা কনা লৈবি
অচীকপা অহিংসিদা থাবল্লকসিদা।

থাবলদা কপ্পা কনা যাওবি
কায়না মৈচাক খাঙবদা
থাবলদা কনা শবী ব্রাশক্লি
অপাম নুংশি থুংনসি হায়না
ঐদি লোইনা উই ঐদি লোইনা তায়
থাজ মানা হায়বি
ঐঙোন্দা অমুক তম্মী।

থাজ ঐবু চৎহন্নীংবা য়াওই
নীংবা থুংদ্রবা কনানা
থাজ ঐবু ঙালহন্নীংবা য়াওই
শাবী শানৌ কয়ানা
ঐদি কনাসু শাউদে ঐদি কবিসু খন্দে
থাজ মানা হায়বি
ঐঙোন্দা ব্রাবী লীবি।

# ঐবু নুংশিদে হায়রগা

ঐবু নুংশিদে হায়বগা
মোমোন মীনোক উহনবদুদা
ঐনা গুলাবসে নঙোন্দা পীনিংই
পাউখুম ময়াবরা খঙনিংই।

মীৎয়েংনা মীৎয়েংদা মরেপ লোল্লী
ঙমৈকপা চীনবালনা অৱাদা হাপ্লি
হৌ ঙাংবনা কবি মল্লীবা
লৈতুম্দাক্লীবনা কবম্না পুমৈদ্রিবা।

নুংশিৎ শীৎপনা উনা লেঙলে
লৈবাং শাৎপনা খোইমু ঙংলে
নুজাগী মীৎয়েং পাখঙগী ফাগি
নুংশি-নুংঙনগী থম্মোয় মপাউনি।

# কনানো নঙনা য়েক্লিবসিবু

কনানো নঙনা য়েক্লিবসিবু
কনা মালহনবনো শক্তমসিবু
হে' লাইয়েকপা কবিবু খল্লীবা
অয়েকপা লাইসিদা য়েংলগা।

ঐনা তাখিবা ৱাৱী অমা লৈ
ঐনা খঙখিবা মীওই অমা লৈ
নঙগা মাগা মৰী লৈনবন্থা
নঙগী পুন্সিনা লৈখা তাহৌবা
মহাক্তুগী মশক্তি হায়নীংই ঐদি
চোইজাইনবী শন্নাংনা খুন্নমদ্রবা খঙগনি।

নঙনা কনাসু থাজদ্রবকো
নুংশিবসে মীনম্বনি খল্লবকো
চৈনা অমনা নপুন্সি কোন্নববা
মচু তবেৎমক হৈজিল্লো কাউনবা
ঈশৈ শকপা অমনা ঈশৈ শক্তি
নখোয় অনীগী ৱাৱীদুদা তাউথবি।

# মানা হান্না হৌফম থোকই

মানা হান্না হৌফম থোকই
মাদি নুপানি খঙলববা
মীৎয়েংনা অসুম উৎফম থোকই
ঐদি নুপীনি হো' ঈবেম্মা।

মাগা থেংনবদা মোমোন নোকচৈ
মানা তামখিবদা হন্না য়েংজৈ
মবোল থোক্তবা মতৌদুদা
ৱাখল খল্লীবনি ঐনা
থম্মোয়বু খঙহন্নবা মঙোন্দা।

লম্বীসিদা থৈনবা কয়ানি
ঐনা কেজবা উবিদবনি
খুদি থীজিন্নদুনা অয়ো ঈমা লাউবদা
ঙাইহাক্তি ঈনাক্তা লেপ্লম্মী
অঙাওবীসিদি হায়বগা চৎখী।

# অতোপ্পা কনাদা হায়রোইনে

অতোপ্পা কনাদা হায়বোইনে
ঐগী নুংশি ঋাহৈসে
যেন্নীং থাগী ঋবীদি
নঙগী ঐগীতা ওইগনি।

নঙগী শন্নাং নোংহৌদা
অঙাঙবা গুলাব থেৎনীংই
নঙগী মায়থোং থাজদা
শব্রু অমতং নম্নীংই
তঙাংবী চীনবালনা কৌহন্নীংই
ফজদবা নঙসে হাযহন্নীংই।

লৈবাংদা খোইমুনা ঙংবগুম
ননাক্তা ঈশৈ শক্লীংই
য়েংলু-য়েংলুবা খুদীংমক
নঙগী নঙঙাক্তা উবি ঐ
ঋবী লীবদা ঈকায়জৈ
নুংশিবদা নঙগী ঐদি ঙাওজৈ।

# নুমিৎসে তাশিল্লক্রে

নুমিৎসে তাশিল্লক্রে
ঐদি চৎনীংবা ফাওবক্রে
নোংহৌ অমা লাকপা উবে
ঈমানা ঐবু কৌবমাল্লে।

নঙনা ফিজী পায়বে খল্লুই
ঙসাইমখৈ শাউগে তৌকই
গুলাবকী তিংখংনা কোৎশীল্লল্লে
নঙগী মীচঙবু চঙলল্লে।

নুংশি ৱাবী লোইহন্নীংদ্রি
পুক্সি অসি নৌহৌনবি
ঙসিদি হনবা থেঙখ্রগনি
হৌজিক্তি নঙগীদা চৎচনীংদ্রি।

## থাদি থোক্তনা নখোয় কনা ঙাইরি

থাদি থোক্তনা নখোয় কনা ঙাইবি
লৈশাবী ফাববনিনা নখোয় বাবী শাবি
নঙগী নঙগী মাঙ্গ লাকপদা হোবেন
য়েংগদবা তুম্মীন্না মীৎচিনা হূবান।

কালেন নুংশা মৈশা থাঙবা ওইনা
উকমদা ফমদুনা পোত্থাবা ওইনা
শিংজু বোবা কাংঙৌ চাবিঙৈদা নখোয়
উজহৌবোইকো চৎখিবদো মখোয়
চাকচহৌনিকো নদোম থম্মোয়।

থাবলগী অহিং ওইহন্নীংইদা
নূবা পাখঙ ঙাক্তা উজনীংইদা
মাগী মাগী নুংশিবা লৈবনিনা
বাবীদা মতম হৌখিবা খঙহৌবোই
য়ূমদগী কৌবকপা নখোয় তাহৌবোই।

# মতমদু ৱাৎলি কেন্দ্রবসু য়ান্নি

মতমদু ৱাৎলি কেন্দ্রবসু য়াবি
ঈচে ৱা হায়গে ঈবেম্মা নুংশিবী।

কোম্বোঙ ৱাংমা লাল্লু লম্বীবোমদা য়েংলু
ঐখোয়গী ইংখোন্দা য়েংগনবা নূপাদু
মহাক্লিনে ঐনা পান্মুবা কৌবদো
ঐহাক্লনে য়াম্না উননীংবা মীদো
লাকপবা য়েংলু নঙসু ঐগীদু খঙবদাই।

লৈকোলসিদা ঐনা লৈ হেকপা শাগে
উশিন্নদনা মাবু ঈশৈবু ওংগে
খঙলক্কনি নঙসু হয়েং চাউবগা
লৈশাবী পাখঙনা নীংনবদা ৱাবা
লাকপবা য়েংউ নঙসু ঐগীদু খঙবদাই।

# মেরা থাদি লাকই ইঙনা চীক্লা মেঙই

মেবা থাদি লাকই ইঙনা চীক্লা মেঙই
নূবা পাখঙ কয়াগী নীংশিংনীংঙাইনি
মেবাগী থাবল মেবাগী থাবল
অবাবগীসু নুংঙাইবগীসু।

মোমোন নোক্লা উবি পুর্ণিমাগী থাজসে
শকখঙ-মায়খঙনবা নৌবিবশিংনা
মৈশা লাংবা য়াওই ফবগা থাবলসে
নুংশি কায়না মৈচাক খাঙলিবশিংনা
কৃষ্মৈ য়েংই ঐনা কোয়না চত্তুনা
নোকমি নোকমি তৌনা ইতোম্মতা।

থাজ মাবু চংলো তানবসু কয়ানি
অহিংসে লোইহন্নীংদে শোনবসু কোঙ্গায়নি
মেবাগী থাবলদগী ঈশৈ শক্লবকই
কায়নবা থুংনবগী শৈনিল লাংনবকই
মতৌ য়েংই ঐনা তুম্মীন তুম্মীন্না
নুংশিবসে ঙাওই হায়জবদুনা।

# পুন্সিসে করিসু লৈতনা খল্লী

পুন্সিসে কবিসু লৈতনা খল্লী
ঐদি ঙাওবে
নঙগী নুংশি মৈচাকসে কল্লী
ঐদি লাই নীংজব্রগে।

নোকচখি অদুঙৈ নুংঙাইবা ৱাখলদা
নৌহল্লে ঙসিনা পুক্লীংসে পিবাংদা
মঙলান্দা তাউহল্লি ঐহাক্কী নুংশিবা
লৌনম্না থল্লল্লে নহাকপু থাজবা
ঐঙী মপাম্না কদাযদনো।

লাইনিংবা লম্বোইবা লাইশঙদা চৎপদা
মীয়ামগী মবক্তা য়েংনীংলুই নঙবুতা
লৈকোলগী লৈবাংদা ৱাবীবু শাজকই
অহিংগী থাবলদা ঈথক্তা ফমজকই
নীংবা থুংদ্রবা হায়বসিদি
ফজফমসু লৈত্রবনি।

## নুপী ওইনা পোক্লবনা ঐনা

নুপী ওইনা পোক্লবনা ঐনা
ঈকায় থীবী হায়বদু ওইরে
পাম্মু নাপ্পদা অমুক্তা
মাবু নুংশি খঙহনবা ঙমজদে।

হে! গুলাব নঙদি লাইবক ফৈদা
ঙংলবি খোইমুনা লৈকাদা
নুজা ওইবী ঐগী ঈফমদদি
পাখঙ পুক্নীং ফোঙদোক্লদে
মসিনি ঐনা চাক্লিবসি।

কেদুনা ঐনা লেন্নজকবা
য়েংদুনা ঐনা মীৎচি খৎচক্কবা
ফাগি অমত্তসু তৌবিবক্তে
খঙবনি মাসু লৈশাবীনি ঐসে
মসিনি ঐনা খোয়দৌ শাউগৎপসে।

# হ্রাও হ্রাও কৌনরগা

হ্বাও হ্বাও কৌনবগা
নোকমি নোকমি য়েংনবম্বা
ঐনা নুংশিজবা মহাক্তো
ঙসিদি উদ্রে কৈদৌববনো।

কবি ব্রাবু হায়বক্কবা
ঐনা কবি খুমগদবা
মঙলান কয়াগী নুংঙাইবদা
পুক্সিসে য়েন্নীং হনখিবনি।

কুন্দো পাম্বী অপিশক
শৃমাঙদা থাজে অমখক
নুমিৎ খুদীং য়েংশিঞ্জে
ঐগী লুহোংবগী লৈ শাৎপা ঙাইজৈ।

ইমান্নবী কয়ানা
নিঙোল চাক্কৌবা লাকপদা
কবিগী লৈশাবি হংলকপদা
খুম্ফম খঙদনা ঐনা কপখি।

# ঐনা য়েংজবসি খঙবিদববা

ঐনা য়েংজবসি খঙবিদববা
নঙবু ঐনা কৌজবিবনি
রাহৈনা ফোঙদোকপা হৈজদবনা
খোইকম মোমোন নোকচবিবনি।

নঙনা লাকপা লম্বীদা
নঙনা উনবা চৎচবা
কবি হায়বিবকপা ঙাইজবনি
খোঙথাং তপ্পা থাংজবসু
তাকচবনি নুংশি নহাকপু।

নুপী ওইবী হৌনশানি
হায়নীংবা হায়বা ঙমজদবনি
থম্মোয়দা ফুমদুনা থমজবনি
ইতুঙ হন্না য়েংজবসু
চৈজবনি পাঙদবা পাখঙবু।

# ঐগী নুংশিবদি নঙতনা ওইরে

ঐগী নুংশিবদি নঙতনা ওইবে
হায়ফম খঙদনা ঐদি ঙাওবে
মায়থোঙদু উদনা লৈবা ঙমদবে
ইথন্তা ঐদি ব্লাবু ঙাঙজবে।

থাবলবু য়েংবদা ব্লাখলদা ফাওই
নঙনা ঐগী নঙ্গলদা ঙাথবি
লৈকোলদা ফম্বদা পুক্লীংসে লাঙই
ঐঙোন্দা গুলাব পীবক্কনি
নোংঙানবদগী নুমিৎতাবফাওবা
লৈবিবনি নঙবু খন্দুনতা।

লম্বীসিদা চৎপদা লৃকথদুনা ঐসে
নঙগী খুনাম্বু তাববা য়েংজৈ
খোইনিংনা খোংবদা শাগৎচবিবনি
লৈহাউ পাম্বীগী মকমদা লোৎলি
নঙবু কৌবদুনা ঐনা থিবি
মসিদা লৈবে খুন্নকপদু ঙাইহি।

# ঐগী মঙদা উখিবীদুনি

ঐগী মঙদা উখিবীদুনি
ঈমাগী মমৌনি  হায়খিবীদুনি
নত্তে নঙসে কনা অমগী
ঐগী থরায়গী মবেম্মনি।

য়েংলে ঈমীৎ উইশিন্দুনা
মঙদা উখিবদু নত্তববা
শোযদ্রে হায়বা খঙলবদুদা
তন্নবনি ইপাউসে নফমদা।

নমান্নবীনা কৌবদা তাহৌবদুগা
মঙগী মিংদুগা মান্নবে
লৈবন্লিবা নঙগী মফমসিগা
খঙলিবা লৈকায়সিগা চানবে।

নঙবু তূম্বদা মঙ মঙদবা
ঐবু অমুক্তা উদ্রিববা
মীৎচাননা যেংহৌবো
কাউদনবা নীংশিংহৌবো।

# নুপানি মানা হৌরক্কদরা হায়রগা

নুপানি মানা হৌবক্কদবা হায়রগা
তুম্মীন্না অদুম লৈ মীৎয়েংদি মবৌ লৈ
নুজা ওইবী ঐনা চঙশিন্দুনা মনাকোংদা
লাউকগনি কবম্না মাবু নুংশি হায়না।

লম্বীসিদা থেংনৈ লম্বীসিদা উনৈ
তঙক তঙক য়েংনৈ ঈকায়বসু ফাওনৈ
তনীক তনীক চীনবাল লোম্ব্লোক্তুনা কৌনৈ
পাঙদবা পাখঙদো চৈনীংলক্লে ঐদি।

কেজবিবসে মমল য়ামহঞ্জবিবনি
মানা ঐবু ফজে হায়বিবক্লবনি
ৱাহৈ অমতং কাঙথোবকপা ঙাইবদা
কুমজা কয়া হৌব্রবগুম খল্লক্লেনে ঐদি।

# য়েংলিবা মীৎয়েংসিবু উদ্রবরা নঙবু

য়েংলিবা মীৎয়েংসিবু উদ্রববা নঙবু
কবি হায়য়ু হায়বিবনো ঐবু
তনীকপা চীনবালনা খোঞ্জেল খোক্তবনি
ৱাহংগী পাউখুমদি পীবে খল্লী।

ঐগী ইতৌ খঙলবা নত্তবা
কবিগী মোমোন নোকপনো হায়বদো
হূবান্দুনা য়েংজবা ৱাহল্লোক লৈতববা
মীৎচানবদা কবিগী ঈকায়বা ফাওবনো
নঙবু উবগা ঈখোঙ থাংবা কাউবে
শিল্পা পাঙবদা মঙবু মঙলে।

থাবলদা ঈশৈ ঙংবা হৈবিবা
নুংশি-নুংওন ৱাখল খল্লে হায়বনি
অচীকপদা ঈথল্লা ফম্বদা উংলিবা
থম্মোয়নুংদা মিবেল তাবে তাকপনি
নাপ্পসিনা তানীংলে নপাউ
পুল্লিসিনা খঙনীংলে মহাও ।

# নোংমতংদি নঙগা ফম্মিন্ননীংই

নোংমতংদি নঙগা ফম্মিন্ননীংই
থম্মোয় পেন্না ইপাউ তম্নীংই
পোকপগী মহৈ য়াল্লে খঙ্গগে
নীংজমলগী নুংঙাইবা ওইজগে।

কালেন নুংশাসু কৈদৌদে ঐঙোন্দা
ৱাকচীংগী উনসু থোইদোক্তে ঐঙোন্দা
ননাক্তা লৈহল্লো লাইবৈপাক্লি খলহল্লো
ঐবু লাক্লো মীৎয়েংদুনা কৌবো
চীনবাল কাঙলো য়াতোন উহল্লো।

নুংশি নুংশিনা কায়নখি ঐখোয়
হৌব্রবা ৱাবী লোৎশিল্লি ঐখোয়
মথঙগী মপোক্কী থাদোক্লো ৱাখল
ঐগী মীত্তা নঙগী নম্নি তাবে
ইঙহন্নিংদ্রা নঙবু অশাবা নুংশিৎসে।

# ঐবু হনবা তাববরা হৌজিকপু

ঐবু হনবা তাববরা হৌজিকপু
খান্বা ঙস্মী কনানা মতম্ব
উজনীংই মায়খোঙ শোল্লা শোল্লা
তাজনীংই খোঞ্জেল খন্না খন্না।

লৈকোলসিদগী লৈ অমা হেক্কে
নোকমি নোকমি হোবেন খূদোল ওইনা তমগে
বাবী কয়া শানীংই ঐনা
বাহৈ কয়া হায়নীংই ঐনা
বাখল ঈথক হৌনা লাকই।

পূর্ণিমা ময়াগী থাজও থোকহৌবো
থাবল ইপোম হৌনা চীক্রবু ঙালহৌবো
থাবল্লে নঙদি কনাগী মীচঙনো
কবি রাবু হায়গে নীংবনো
শাউদনবা তম্বীয়ু।

# উননীংদবা মী অমা লাক্লে

উননীংদবা মী অমা লাক্লে
য়াম্না হৈনদে ঐদি মহাকসে
ঐনা ফিজী চিংখিবদু
খঙহৌদববা নহাকপু।

যাওশঙগী থাবল চোংবদা
য়াওখি মাসু থাবল চোংবা
শকখঙ-মায়খঙনবসু নত্তনা
নোংমতং থেংনখিবা মহাক্না
ঐবু নুংশি হায়বকই
মিহুল অমা তৌবমগনি।

নুমিৎ খুদীংগীনি চৎলিবা
ঐখোয় কোম্নোঙগী লম্বীসিদা
মশকসে নেশা চাবা মাল্লি
লম্বী লমজাওদতা লৈগল্লমগনি
ঐগী থম্মোয় পাম্মুজেনে
ঐগী ওইগদবদুগী থমজগেনে।

# নঙগী মীৎয়েংদো ঐদি খঙই

নঙগী মীৎয়েংদো ঐদি খঙই
লৈদা য়েংবা নত্তে, নত্তে নত্তে
নঙগী ঈশৈদো ঐদি খঙই
নূপা মান্দে নঙসে, মান্দে মান্দে।

নঙগী পুক্নীংদি খঙবা কুইবে
ইমান্নবী অমদগী লোইনা তাবে
নঙনা খনবগা ঐনা নীংবগা
মান্নবদা ঐনা ঈকায়বা ফাওবে।

নোংমতা নঙদি হৌদোবক্তে
পাউখুম পীনবা ঐদি লৈবে
ৱাবী শাববু নথন্তা য়াববা
চাউগদবা ৱাংলী ইবুংঙো অপঙবা।

## নঙসে হন্দক য়াম্না কেরে

নঙসে হন্দক য়াম্না কেবে
অবোনবা কবিবু লৈববগে
হায়দোকপা য়াদববা নঙগীদো
ৱা লোৎচগনু ঐঙোন্দা।

ফিগী মচু খল্লীবদু
কনানা নঙবু য়েংলক্লবনো
পিশুম য়েক্লে চীনবাল শঙলে
নুমিদাংৱাইবমদা মঙাল নাইবে
মায়থোঙ থম্বাল শাৎলিবদু
খঙনীংই ঙাইবিবা থোইমুদু।

নঙগুম্না ঐদি শকহেন্দেদো
পাখঙনা ফাগি তৌবক্তেদো
ঈচম চম্বী শাবম্বী নঙবু
কনানো থম্মোয়দা লাৎলিবদু
ঐনা খল্লী নহাকসে
থাবলদা ঈশৈ ঙংইনে।

# নীংবা কায়রে হায়দুনা

নীংবা কায়বে হায়দুনা
লম্বোইদুনা চৎলগেবা
লৈশাবীনি কাউববা
অহল থুনা ওইশিল্লিকো।

মাবু অমুক্তা লাক্লবা
মপাউ অমত্তা তাদ্রবা
নুংশি নুংশি হায়নবদাই
কবিদা বাবৌবা য়াওববনো।

নুপানি থম্মোয় কনখ্রবা
লল্লানবী কনাদা খোয়দাখ্রবা
অতাবী অমদি খঙদনা
কবিগী বাখল হন্থবনো।

নওসে মহৌশাগা মান্নদেকো
য়াম্না শাউগন্না উবেদকো
মীৎলু পিবাং শীন্থবকখিনু
বাবী শাখিসি তপথখো।

